# সনামহী লাইনীংগী সেমিনর

মফমঃ—

কাকৈথেল গার্লস হাইস্কুল, ইম্ফাল

চৈচং - ২/৪/২০০০ (নোংমাইজিং)

অশিন-অরাং —

সনামহী লাইনিংকোল, ইম্ফাল

শঙলেন, কোনজেং হজারি লৈকাই, এয়ারপোর্ট রোদ, ইম্ফাল

ফোন - ৪৪১৩২৫

# সনামহী লাইনীং সেমিনরগী নুংগী ওইবা ৱাফম্

সাপমচা সনাতোম্বা (ভৈগ্যা)
তেরা কৈথেল্ ইম্ফাল্

**াহৌদোক**

"সনামহী" হায়রগা ঐখোয়না খংনরিবসি মরু ওইনা মৈতৈশিংগী মে অমগী খা-নোংচুপ থংবা কা অমদা লাৎনরিবা লাই অদুবুনি। কনাগুম্বনা নসিগুম্বা সেমিনর অসি তৌবগী কান্নবা করিনো হায়না হংনিংলম্বা য়াই। াসিগী মতাংদা ঐ তেন্তক্না ময়ামগী মফমদা ৱাহৈ খর থমজগে।

**াইনিং করিনো? —**

লাইনিং হায়রগা ঐখোয় মীওই কাংলুপ অমনা মানা-মানা পাম্বা মওংদা াৎনরিবা/থাজনরিবা অথোইবা লাই/লাইশিং অদুবুনি। Oxford Ad-vance Learner's Dictionary গী মতুং ইন্না লাইনিং- reli-gion বু অসুম্না হন্নি "belief in the existence of a super-natural ruling power, the creator and controller of the universe" ৱাফম অসি য়েংলগা ঐখোয়না সনামহী নিংববু নামহী লাইনিং হায়না কৌবা য়াই। ৱাফম অসি T.C. Hodson নসু াগী The Meitheis হায়বা লাইরিকতুদা সপোট তৌরি। "The Diety n whose particular honour the festival is held, is ienamahi, the administrator, as my friend & in-ormant says, of the Universe" লাইনিংথৌ সনামহীনা তাইবং ান অসিগী মপুনি হায়রিবনি।

**নামহী লাইনিংগী হৌখিবা ইতিহাস —**

মৈতৈ/মীতৈ হায়বা ফুরুপ্ অসিনা মনিপুরদা হেক লৈরকপদগী নামহী লাইনিংবু লৈরকলে হায়বসি ঐগী থাজবনি। কনাগুম্বা মপানগী

মীওই (মিসনরী) অমত্তনা মনিপুরদা সনামহী লাইনিং শন্দোকখিবগী রেকোর্দি/খুদম থেংনদ্রি। অদুনদি য়ামদ্রবদা নিংথৌ কাংবা নংত্রগা কৌবুগী মতম্ (খৃঃ মমাং) দগীদি মনিপুরদা সনামহী লাইনিং লৈরকলে। মতম্-মতমগী মতুং ইন্না মাগী মমিং হোংলম্বদি য়াই। অসুন্না নোংদা লাইরেল্ পাখংবা, উরাকোন্থৌবা, তাওথিংমাং, লোইয়ুম্বা, কিয়াম্বা, নিংথৌখোম্বানচিংবা নিথৌশিংনা সনামহী লাইনিং নিংলকই/চংলকই। মরমদি জাতি অমগী কলচর (ইনাৎ)কা লাইনিংগা তৎনবা য়াদবা মরি লৈনৈ। ঙসি ঐখোয়গী পুয়াশিংদা মতম অদুগী কলচর অমদি লাইনিংগী মমি তারি। পুয়াশিং অসি কুপ্পা নৈনরবদি অৱাংবা থাক্কী ফিলোসোফী, সাইন্স অমদি আর্টসকী মচাক কয়া থেংনগনি। শন্না হায়রবদা শাংলবা চহি ৩০০০/৪০০০ গী মনিপুরগী ইতিহাসতা চহি ৪০০ রোমগী মমাংদা চংখিবা হিন্দু লাইনিংগী অমুবা ফিজঙ্ অদু হাইদোকপা লোইদ্রি। মৈতৈশিংনা মপানথোংদা হিন্দু লাইনিং লৌজরবসু কৈদৌনুংদা লাইনিংথৌ সনামহীবুদি থাদোকপা তৌখিদে।

**সনামহী লাইনিংনা মরায় চাইথবা মতম —**

খৃঃ ১৭০৯ দা মনিপুরদা পানখিবা নিংথৌ পামহৈবা (গরিভনিৱাজ) গী মতমদগী বোধচন্দ্র মহারাজনা পানখিবা খৃঃ ১৯৫৬ ফাওবসি সনামহী লাইনিংগী মরাই চাইথবা মতমনি। মতম অসিদা শান্তীদাস গোসাই, গঙ্গারাম্ নচিংবা য়াম্না হৈশিংলবা হিন্দুগী মিশিনরিশিং থোক্লতুনা পুয়া মৈ থারমখি অমদি হিন্দু (গৌরা) ধর্ম্ম চাওখৎনবা কন্না হোৎনখি। মসিগীসু মথক্তা চুরাচান্দ মহারাজগী মতমদদি গৌরা ধর্ম্ম চৎতবা মীওইশিংবু অমাংবা/অতোনবনি হায়না ফাওবা ইথোকপীথি। খল্লুবদা য়াম্না অকি তুক্কচনিংঙাই মশক অমা ওইরম্মী। অদুবু য়াম্না ঙক্লিবদি চীংমী ইচিন-ইনাওশিংদি হিন্দু ধর্ম্ম/গৌরা ধর্ম্ম অসি শন্দোক্লবা হোৎনরম্বগী মমি তাদে। মতম অসিবু সনামহী ধর্ম্মগী অমকপা মতম হায়না কৌবা য়াই। খৃঃ ১৯৩০ অদুৱাইদগীদি কাছাড়দা পোকখিবা নাওরিয়া ফুল্লোনা সনামহী লাইনিং (মীতৈ লাইনিং) অসি হিংগৎহন্নবা/চাওখৎহন্নবা কন্না হোৎনরকখি। মনিপুরদসু তখেলম্বম বোকুল অমদি পুখ্রম্বম সুরচান্দ নচিংবা কয়ানা নিংথৌগী মায়োক্তা লৈদুনা হিন্দু ধর্ম্মবু শিংনরম্মী।

**হৌজিক-হৌজিক্ উরিবা ফিবম —**

ঙসিদি মনিপুরগী মফম পুম্নমক্তা সনামহী লাইনিং (মৈতৈ লাইনিং) চৎপা মীওইশিংগী মশিং নোংমা নোংমগী হেনগৎলক্লি। চহি ৫০ গী মখাদা লৈবা মৈতৈ মচা চাম্মাগী মনুংদা ৮০ মুক্তী সনামহী লাইনিং চৎপা ওইরে

হায়বদা থোইনা লাপ্লোই। থাইনগী গৌরিয়াগী অকনবা অমাং-অশেংগী চৎনবী অদুগী শাথিরবা লিচৎ অদু কনাসু পাম্নদ্রে। সনামহী লাইনিংগী অমাং-অশেং লৈতবা, মীগা-মীগা মান্নবা, জাৎ-বিজাৎ খায়দবা চৎনবি অসি মীপুম খুদিং মক্কা পান্নরক্রে। করি অমুক হায়গনি "মখোয়না (কা হেনজিনবা বামোনশিং) ঐখোয়গী (মৈতৈ) খুৎ চাদ্রবদি মখোইগী মখুৎ চারোই" হায়বা মৈতৈ মশিং য়ামখৎলকলে।

অদুবু লাইবকথিবা অমদি লাইনিং লিচৎ চৎপা মীওইশিংগী তোঙান তোঙানবা লুপ য়াম্মনখিদুনা লাইনিং অসিগী চৎন-পথাপতা মখল মথেল য়ামখৎলকই। অসিগুম্বা থৌওং অসিবু পামদবদগী মৈতৈ নাহারোল কয়াদি খৃষ্টান/বাহাই/ বৌধ লাইনিংনচিংবা লৌনবা য়াওখ্রে। ৱাফম অসিমক্তি সনামহী লাইনিং চৎপা মীওই খুদিংমক্কা নুঙাইতবা ফাওরি। তমপাক্কী মৈতৈ খুল্লকতা ফাওবা চর্চ মচা-মচা শাবা হৌনরকলে। ঐখোয়সু চীংগী লম য়াওনা মনিপুরগী মফম খুদিংদা লাই হরাওফম-লাইবুং শেমগৎতুনা চয়োল খুদিংগী নৎত্রবসু থা খুদিংগী ৱা তান্নদুনা লাইনিং অসি চাওখৎনবা হোৎনমিন্নরসি। মতাং অসিদা ঈরৈপাক, ঈনাৎ কনবা লুপ্ (ঈকল) ইম্ফালগুম্বা অচৌবা লুপশিংগী থৌদাং য়াম্না চাওই।

**ৱারোইশন —**

ঐখোয়না সনামহী লাইনিং মুৎথৎতনা কুইনা অমদি পৃথিবীগী মফম অতৈদা শন্দোক্রবা হোৎনগে হায়রবদি য়ামদ্রবদা অতৈ লাইনিংশিংগী লৈরিবা লুপ, খুদম ওইনা খৃষ্টানগী কেথোলিক শোসাইতি, সিখ নচিংবগী মওংদা কুপ্না নৈনবা মথৌ তাই। নৎত্রবদি চহি খরগী মতুংদা মনিপুর তম্পাক্কী অয়াম্বা শরুক্ খৃষ্টান চৎপা লমদম অমা ওইখিবা য়াই। মরম অসিনা সনামহী লাইনিংনা মৈতৈ (মনিপুর) জাতিগী নেসনেল্ রিলিজন্ ওইদুনা লাক্লিবসি মুৎথৎতনবা ঐখোয় খুদিংমক্কা পুন্না হোৎনমিনরসি। ঐখোয়গী লাইনিংবু ঐখোয়না ঙাকচদ্রবদি কনানা ঙাকপিগনি?


**Reference :** 1. **The Meitheis** - by *T.C. Hodson*, Delhi (1997).

2. **Man & Culture** - by *Clark Wissler*, New York (1965).

# সনামহী লাইনীং হৌরকপা অমসুং চাওখৎলকপা

**অইবাঃ সাইরেম নীলবীর**
হেদ ওফ দিপার্টমেন্ট (পোলিতিকেল সাইন্স)
দিঃ এমঃ কলেজ ওর্ফ আর্টর্স, ইম্ফাল।

১। লাইনীংগী মিংথোল ঃ মালেম অসীদ লৈরিবা লাইনীং অয়াম্বগী মমিংশিং অসী করম্না থোনখিবগে হায়বা ৱাফম য়েংশিল্লবা মতুংদা ঐখোয়না খঙবা ঙমলিবদি ঃ–

ক) তেংবানবগী মপু ওইবা অথোইবা লাই অমা লৈ হায়না লাইনীং অয়াম্বনা থাজনরবসু তাইবং মপু অদুগী মমিং লৌদুনা লাইনীং অয়াম্বগী মমিং থোন্নদে।

খ) করিগুম্বা লাইনীং খরদি লাইনীং অদুবু পুথোকপা নৎত্রগা অনৌবা ৱাখল ফিদম হাপচিন্দুনা শন্দোকপা মীশক অদুগী মমিং লৌদুনা মমিং কৌনবসু চৎনৈ। মদুগী খুদমদি খৃষ্টিয়ান লাইনীং, বৌদ্ধ লাইনীং, জৈন লাইনীং, গৌরিয়া, বৈষ্ণব লাইনীং অসিনচিংবনি। মীতৈগী শাগোন্নরকপা লাইনীং অসি হৌদোক্লম্বা অকরুবা মীশক লৈতে। অদুবু লাইনীং অসিবু শিথরুবদগী অমুক হিংগৎনবগী ঈহৌ শাগৎলম্বা মীশক্তি লাইনীংহল নাউরিয়া ফুলোনি। তৌইগুম্বসুং ঐখোয়গী অরিবা লাইনীং অসিগী মমিং অসি কনানসু মহাক্কী মমিং লৌদুনা কৌনরক্তে।

গ) লাইনীং অমগী লাই কয়ামরূম লৈবা য়াওরবসু লাইনীং অদুগী মরক্তগী অথোইবা লাই অমখক্কী মমিং লৌদুনা লাইনীং অদুগী মমিং থোনবসু চানৈ। মদুগী খুদমদি হিন্দুগী বৈষ্ণব লাইনীং।

ল্লাইনীং অমগী মমিং করম্না ওইরকপগে হায়বগী ৱাফম মথক্তা নৈনজখিবা

অসিদগী হায়নীংলিবদি — মীতৈ ফুরূপ (নেসন) গী শাগোম্নরকপা লাইনীং অসিগী মমিং সনামহী লাইনীং হায়ন কৌনরিব নৎত্রগা য়ানরিবা অসি খ্বাইদগী চানবা, অফবা অমসুং অচুম্বা মিংথোলনি হায়বসিনি। মসীগী মরু ওইব মরম খর মখাদ পীজরিঃ

ক) লাইনিংথৌ সনামহীগী মমিং কয়ামরুম লৈ। চীংঙু অতিংকোক মরু শিদবা, চীংঙু খোইয়ুম অশীব, মহীরেল, চীংঙু তাইবং খায়ব, লাইব্রা হায়ব, পোইনাউতা হায়রিবশিং অসি সনামহীগী মমিংশিংনি।

লাইনিংথৌ সনামহী মাদি তাইবং লাইনি। লাই মাদি কুকি, তাংখুল অমসুং পুরুমগী মরক্তসু নীংনব লাইনি।[২]

ক) চক মরিগী মনুংদা অহানবা চক ওইরিবা হয়িচক্ত পানখিবা কাংবা নিংথৌন সনামহী লাইনীং হৌদোকখি হায়নৈ।[৩]

অদুবু অয়ীবনা খনবদি কাংব নিংথৌগী মমাঙ্‌দগী লৈরকলমফম থোকই। হায়বসিনি। নিংথৌ অসিগী হাক্তসু অরেপ্পা অচুম্ববু লাইনীং ওইনৈ। অরেপ্পা অচুম্বা হায়বদি লাইনিংথৌ সনামহীবু খঙবনি। অরেপ্পা ব্রা হায়ববু ঐখোয়না শরী ব্রাশকপা কৌনৈ। শরী হায়বসী লাইনিংথৌ সনামহীগী অতোপ্পা মমিং অমনি।[৪]

অদুনা শরী ব্রাশকপা হায়বগী ব্রাহম্থোকতি লাইনিংথৌ সনামহীগী মমিং পন্দুনা ব্রাশকপা হায়বনি।

গ) খৃস্ত কুম ১৯৪৭ তা মীতৈগী পারম পুরমচৎকী লাইনীং হিংগৎ ঈহৌগা মরী লৈননা মতম অদুগী ব্রহ্মসভান মীতৈ হিন্দু খুন্নাইদগী ইম্থোকখিবা মীওই ৩৮ (কুষ্ঠানিপাল) অদুবু ব্রহ্মসভানা সনামহী লাইনীং (ধর্ম্ম) চৎপা মীওই হায়না কৌখি।[৫]

ঘ) ফুরুপ অসিগী অরিবা লাইনীং হিংগৎ ঈহৌঃ অসিবু কাংলৈপাক্কী (মনিপুর) পুৱারী স্তুব প্রোঃ গাংমুমৈ কবুইনা সনামহী লাইনীং হিংগৎ ঈহৌ কৌই।[৬] ফুরুপ অসিগী অরিবা লাইনীং হিংগৎ ঈহৌবু দাক্তর নাওরেম সনাজাউবনা লেংবা (ইদিত তৌবা) "মণিপুর পাস্ত এন্দ প্রজেন্ত" ভোল্যুম নম্বর ১ দা সনামহী লাইনীং হিংগৎ ঈহৌ কৌই। অমসুং লাইনীং অসীবু সনামহী লাইনীং (সনামহীজম) হায়।[৭]

ঙ) লাইনিংথৌ সনামহী তেম্পল এক্ত ১৯৭৬ তা মীতৈ পারম পুরমচৎকী লাইনীং অসিবু সনামহী লাইনীং (সনামহী রিলিজন) কৌই।[৮] মরম

অসিনা সনামহী লাইনীং হায়বসি মনিপুর (কংলৈপাক) লৈঙাক্লা শক খঙলবা লাইনীংগী মমিংনি।

মথক্কী মরম ময়াম অসিদগী অয়ীবনা হায়নীংবিলদি — সনামহী লাইনীং হায়বসী পুৱারী স্লুবশিংনসু শক খঙলবা, মনিপুর লৈঙাক্লসু শকখঙলবা, তপ্না তপ্না মতোমতা ওইজরকপা কংলৈপাক (মনিপুর) পুৱাগী পোৎথোক অমনি; মসিদ অসি অতম্নন থোনসি হায়দুনা থোনখিবা নত্তে হায়বসিনি।

২। লাইনিংথৌ সনামহী অমসুং লৈশেমলোনঃ ফুরূপ (নেসন) অসিগী শাগোন্নরকপা লাইনীংগী য়ুমফমদি লৈশেমলোন্নি। তাইবংপাল অসি শেমলকপগী ৱারীদা লাইনিংথৌ সনামহীগী থৌদাং অসি য়াম্না চাউই। মরু ওই। লৈশেমলোনগী ৱারীদা তেংপানবা মপুগী মপারী অহুম — অতিংকোক, অতিয়া অমদি কোনজিন তিংথোকপা কৌবা মপারী অহুম লৈ হায়বসু য়াওই।[৯] করিগুম্বা ৱারীদ মপারী অনীখক্ত লৈবগী ৱা ওইনসু তৌই।[১০] অহুম্বু ওইরবসু অনীবু ওইরবসু তেংবানবা মপুনা কোরৌ মালেম শেম্মু হায়দুনা থৌশীরকপদগী অতিংকোকপু অশীব হায়না মিংগৌনখি। অশীব হায়বসি সনামহীগী মমিং অমনি।[১০ক]

তাইবং মীওইবনা খুনথাল লৈপাল্লবদা তাইবং মপু মহাক্লা মহাক্কী মিংখৈ অসি তাইবং মীওইবশিংবু শোনহলরো হায়না খনবদগী তাইবং মীওইবদ অশি অনা থারকখি। তাইবং মীওইবনা অশি অনা নংলখি। তাইবং মীবু অরান খুবম ফংহন্নবগীদমক্তা চীংঙু খোইয়ুম অশীবা লাইয়িংথৌ সনামহীনা চেংবা খুৎথৌ অমা ইধ ওইনা শায়োনখি। অরান খুবম ফংনবগী লম্বী তাকপিখি।[১১] লৈশেমলোনগী ৱারীদা লাইনিংথৌ সনামহীনা খ্বাইদগী মরুওইবা লাই ওইনা লৈ। লাইনিংথৌ সনামহী মাদি তেংবানবা মপুগী পুক্নিং ৱাখলবু থবক্ত ওয়োকহনবা লাইনি। লাইনিংথৌ সনামহী মাদি তেংবানবা মপু মহাক্কা তাইবং মীওইবা ঐখোয়গা শম্নহনবীবা লান্ন-থোংজাউ ওইবা লাইনি।

৩। **পুৱারীগী মীৎয়েংদ সনামহী লাইনীং (খৃস্তগী মমাঙ)ঃ** কংলৈপাক্কী পুৱারী অসি নোংদা লাইরেল পাখংবনা পানবা মতমদগী (খৃঃ কুঃ ৩৩ দগী) মপুঙ্ ফানা লৈরে হায়না লৌনরে। অদুবু মহাক্কী মতম অসিদি লাংবা চক্কী অকোনবা শরুক কোন্না চক্তনি হায়না লৌবা য়াই। নোংদা লাইরেন পাখংবগী হেক মমাঙদা ঙাংজেং সুন পানখিবা। নোংদা লাইরেন্দগী বুধচন্দ্র নিংথৌ ফাওবদি নিংথৌ ৭৪ (হুমফুতরা মরি) না চহী ১৯২২ পানখি।[১২] নিংথৌ অমনা চাংচত্ত চহী ২৬ রোম পানখি। হয়ি

চক্তগী ঙাংজেংসু ফাওবদি নিংথৌ ১৬৩ পানখি।[১৩] নিংথৌ অমনা চাংচত্ত চহী ২০/২০ খক্ত পাল্লবা ফাওবদা ১৬৩ X চহী ২০ = চহী ৩২৬০ নি। চাউরাক্লা চহী ৩০০০ (লিশিং অহুম) নি। কাংব নিংথৌ অসি হমিংচক্কী অহানবা নিংথৌনি হায়না লৌনৈ। মরম অসিনা মহাক অসি খৃস্তগী মমাঙ চহী ৩০০০ গী মমাঙদ নিংথৌ ওইরম্মী হায়না লৌবদা থোইনা কায়রোই। কাংব নিংথৌনা সনামহী লাইনীং হৌদোকখি হায়।[১৪] অমবু ওইরে অমবু ওইরে কাংব নিংথৌগী মতমদা সনামহী লাইনীং লৈরমলে হায়বা অসিদি চুমলে হায়না লৌবা য়ারে। 'নিংথৌ কাংবরোল' পুয়ানা হায় — নিংথৌ লৈবাক মীয়ামমবু পুক্লিং চুনা য়াথং লেপ্লবগীদমক লাইনিংথৌ সনামহীবু নুঙ্গী লাইশক মওং শেম্না শাহম্লগা চীংদোলদি লাইয়িম শাদুনা লাৎখিএ।

— মীয়াম্না লাইনিংথৌ সনামহীবু লাৎনরম্মী। অদুনা মখোয়গী লাইনীংদি অচুম্বা অমসুং অচুম্বা ৱায়েন্দ থাজনবীনি। শকোক লমলেনগী মতুং ইন্না অচুম্বগী ৱাহন্থোক্তি সনামহীবু খঙজবা হায়বনি।[১৫]

লোক্তাক পাৎনা তাকয়েল খোঙবাল য়ৌনা শন্দোকলিঙৈদ মোইরাংগী লাইহল ঈ তুরেল মপাল তাবা হনুবা হনুবী অনীন লাইয়িংথৌ সনামহীবু নীংজবদগী পাখং লৈশাবীগুম নহা ওহ্নোক্লক্তুনা চাদা নাউদা সন্না নুংঙাই য়াইফনা পানখি। [১৬]

৪। **পুৱারীগী মীৎয়েংদা সনামহী লাইনীং (খৃস্তগী মতুং)ঃ** লাইয়িংথৌ সনামহীনা তাইবংমীগী য়ুমদা চঙ্দুনা ইমুং লাই অম ওইনা লৈখিবা অসি খৃস্ত মমাঙ্দগী ওইরম্বসু য়াই অদুবু কোনজিল তিংথোকপা পাখংবগী তাইবং লাংওল ওইরবা তুবী য়োইনোংদা নোংদা লাইরেল পাখংবগী মতমদগী লাইয়িংথৌ সনামহীনা তাইবং য়ুমদা য়ুমজংলে, ইমুং লাই অমা ওইনা লৈরে হায়বসিদি শেংলে।[১৭] নিংথৌ অসিগী হক্তক্তা য়ুম থোঙ্খৃদীংগী চৎলম লুতিন শেমদুনা লাইয়িংথৌ সনামহীগী খুভম লিংনরে।[১৮]

মথক্তাসু হায়খ্রে মদুদি সনামহী লাইনীং হায়রগা লাইয়িংথৌ সনামহী মাত্তবু নীংবা অমসুং লাৎপ নত্তে, ফুরূপ অসিগী পারম পুরমচৎকী ওইবা লাইয়িংথৌ লাইরেম্মা কয়াবুসু ঈরাৎ থৌনি তৌই। সনামহী লাইনীংগী মরুওইবা শরুক অমদি উমংলাই হরাউবনি। উমং লাই হরাউবা হায়বসি লৈশেম-নোংশেমবগা মরী লৈনবা লাইনীংগী শরুক অমনি। মসি খৃস্ত মমাঙ মরিশুবা চহীচাগী অদুৱাইদা হৌদোক্লম্বনি হায়নৈ।[১৯ক] উমংলাই অয়াম্বদি লৈশেমলোন্দ য়াওবা লাইয়িংথৌ লাইরেম্মাশিংগী লাইওল/লাইরী/লাইরেং/লাংওন ওই।[১৯] খৃস্তগী ৭ শুবা চহী চাদা পানখিবা নাউথিংখোংগী মতমদগী চাওখৎলকপনা ১৬ শুবা চহীচাদা পানখিবা নিংথৌ

খাগেম্বগী মতমদদি লাই হরাউব অসি মপুঙ মরৈ ফান চাওখৎখি।[২০] খৃস্তগী ১১ শুবা চহী চাদা পানখিবা নিংথৌ লোয়য়ুম্বগী মতমদদি (খৃঃ কুঃ ১০৭৪-১১১২) করি য়ুম্নাক্না করি লাই শাগনি, করম্বা মাইবন করি লাই লাৎকনি হায়বগী মশিন পীরে।[২১]

**খাগেম্বগী মতমঃ** — খাগেম্ব হায়বা নিংথৌ অসিদি লাইয়িংথৌ সনামহীবু চেৎনা থাজজবা, নীংজবা নিংথৌনি। মী অয়াম্বনা লাইয়িংথৌ তাইবং খায়বা সনামহীদি মশক মওং নাইদে হায়নবা অদুদা লাইয়িংথৌ মাগী চেংলৌ মশক মওং খঙজগে হায়দুনা নীংজখি। মদুগী মহে ওইনা চীংঙু তাইবং খায়বা সনামহীবু মপারী ওইন ফংজখি। চহী ৭ থাক মোংবা হেনবদি মপারীনা মালং ফেনচী ওইনা তাইবং থাদোকখি। লাইনিংথৌ সনামহীনি থোইনু অহোইবী অমসুং লৈশাংথেম খোমা থারক্তুনা মাঙখ্রবা মপারী অদু সনামহীগী লাংওন্নি হায়না হায়হল্লখি। লাইয়িংথৌ মাগী মশক্তু মিয়েংশেলদা থোক্লক্তুনা খাগেম্বদা উহনখি। নিংথৌগী নীংবা থুংজখি। শেংইম্ব অমুন্দোন হৈদুনা শাহনখি। অদুগা ৱাংগোইদা লাইয়িম শাদুনা ঈরাৎ থৌনি তৌজখি।[২২] নিংথৌরেল মথং মথং খুনজাউব, পাইখোম্বা অমসুং চরাইরোংবা হাক্তক ফাওবা লাইয়িংথৌগী চেংলৌ শকপানথোং অদু লৈপাক নিংথৌগী লাই ওইনা ঈরাৎ থৌগন্দুনা লাকখি।[২৩] অসুন্না পুৱারীগী মতমদা সনামহী লাইনীং অসি খৃস্তগী অহানবা চহী চাদগী ১৭ শুবা চহীচা লোইবফাওবগী মতম চহী ১৭০০ চুপ্পা ফুরূপ অসিগী লাইনীং ওইদুনা লাকখি।

৬) **সনামহী লাইনীংগী শিথব মতমঃ** চরাইরোংবা নিংথৌদা (১৬৯৭-১৭০৯) হিন্দু লাইনীংগী ঈথিল চঙলবসু নিংথৌ অসিনা সনামহী লাইনীং মুথৎনবা অমসুং হিন্দু লাইনীং শন্দোক্লব থবক পায়খৎখিদে। অদুবু মহাক্কী মতুংদা পানখিব পামহৈবা (গরিবনিৱাজ) নিংথৌনদি (খৃঃকুঃ ১৭০৯-৪৮) পারম পুরমচৎকী লাইনীং মুৎথৎনবা, হিন্দু রমান্দি লাইনীং শন্দোক্লবা অমসুং মদুগী শরুক অমা ওইনা মীতৈ খুন্নাইবু হিন্দু খুন্নাইদ ওন্থোক্লবা থবক কয়া পায়খৎখি।[২৪] খৃস্তগী ১৮ শুবা চহীচাগী ২০ শুবা চহীদগী সনামহী লাইনীংগী অৱাবা মতম হৌরে। খৃঃ কুঃ ১৭১৭ তা নিংথৌ অসিনা শ্রীহত তগী লাকপা সান্তদাস গোসাইদগী হিন্দু রমান্দি লাইনীং লৌরম্মী।[২৫] লাইনীং লৌরবা মতুংদগীদি মহাক্না সনামহী লাইনীংবু মুৎথৎনবা, মীতৈ খুন্নাইবু হিন্দু খুন্নাইদ ওন্থোক্লবা থবক কয়া মথং মথং সান্তদাস গোসাইগী থৌইনশিন্দগী পায়খৎপা হৌরম্মী। খৃঃ কুঃ ১৭২৩ দা মহাক্না উমংলাইগী লাইশঙ মখৈ শীদোকহল্লম্মী।[২৬] চহী অদুমক্তদা মহাক্না পারম পুরমগী ওইবা লাই মরি হায়বদি লাইয়িংথৌ নোংশাবা,

লাইয়িংথৌ সনামহী, য়ুমথৈ লাই, লাইরেম্মা পান্থোইবীবু বামোন্না ইরাৎ থৌনি তৌবা চঙ্হনবা হৌখি।[২৭] খৃঃকুঃ ১৭২৪ দা মহাক্না হিন্দুগী বর্ণ মরিগী মনুংদা খেত্রি বর্ণদা ওন্থোকখি। খৃঃ কুঃ ১৭৩২ দা মহাক্না মীতৈ মায়চৌশিংগী মফমদা লৈব মীতৈ ময়েক্না ইব পুয়া পুন্নমক পুখৎহল্লগা কংলা উত্রা মমাঙদা মৈ থারম্মী।[২৮] কনাগুম্বা মায়চৌন পুখেৎলক্লেবদি মশাম মনা কোক্কনি অবাফম তাহনগনি হায়দুনা শামু তোংদুনা পাউ পীরম্মী।[২৯] পুয়া ১২০ দগী হেন্না মৈ থাখি। খৃঃ কুঃ ১৭৩৭ হীয়াঙ্গৈগী থানিল শগোলশেল নুমিত্ত নিংথৌনা শলাই ৭ কী মী অয়াম্বগা লুগুন থাংখি।[৩০] মীতৈ অয়াম্বাবু নমদুনা হিন্দু লাইনীং লৌহল্লম্মী। য়াদবশিংদা য়ান্না শাথিব চৈরাক পীরম্মী। সাহেব মচা তিঃ সীঃ হদসনগী বাহৈদ— "লৈঙাক্কী মায়োক্ত লৈবা মীশিংদা চৎপা তমথিরব্রা শাজৎ অদু লাইনীং অদুবু য়াদবা মীওইশিংদা চৎলম্মী। পাক্তরুন লোইথাবা অমসুং হাৎপগী থবক অদুন মীয়ামশিংবু হিন্দু লাইনীং লোনচৎ অদুবু য়াহল্লম্মী।"[৩১] নিংথৌ অসিনা তৌব্রা থবকশিংগী মনুংদা খাইদগী শাথিনা তমথিবা অমখক্তি নিংথৌ খাগেম্বনা তরেৎ লেহিংনা হৈদুনা শাহল্লম্ব লাইননিংথৌ সনামহীগী চেংলৌ শকপান্থোং অদু খৃঃকুঃ ১৭২৬ ইঙেন ২০ নি পানবা নুমিত্ত থুগাইখিবা অসিনি। হায়রিবা চহী অসিমক্তদ কংলৈপাক্কী তোঙান তোঙানবা মফমশিংদগী উমং লাইশিং খোমগৎতুনা মোংবা হনবা উমংদা ফুমজিল্লম্মী।[৩২] অমসুং লাইয়িংথৌ সনামহী, লাইরেম্মা পানথোইবীনচিংবা লাই তরেৎ খক মাঙ্হল তাকহল্লম্মী।[৩৩] য়েক ৭ পু হিন্দুগী গোত্রদা ওন্থোকখি।[৩৪] মীতৈ লোন্দা লাইশোন ঈশৈ শক্তনবা য়াথং তাউথরম্মী।[৩৫] লৈবাক অসিগী মমিং "মনিপুর" কৌরিবসি মহাক্কী মতমদা শেমখি।[৩৬] হায়রিবা থবকশিং অসি মহাক্না মহঙ্গক্কী লাইনীং উজা সান্তদাস গোসাইগা তান্নরগা মীতৈ ফুরূপপু হিন্দু ওনহন্নবগীদমক্ত পায়খৎখিবনি।[৩৭] অসিগুম্বা নমদুনা হিন্দু লাইনীং লৌহনবগী থবক অসিবু থিংনবগীদমক্তা নিংথৌ মচা খরগী মতেংগা লোয়ননা মীতৈ মায়চৌ লৌরেম্ব খোংনাং থাবনা লুচিংদুনা থিংনবা হোৎনরম্মী।[৩৮] অদুবু নিংথৌগী সুপ্নম লৈঙাক লৈবা লৈবাক অমদা নিংথৌ অমগী অতন্নবা থৌরাংবু থিংবা হায়বসিদি নিংথৌ অদুবু নিংথৌ ফম্বালদগী নমদুনা লৌথোকপা নত্তনদি করি পাম্বৈ লৈগনি।

সনামহী কোল্লু য়ৈখায়রুরবগী মতুংদা পামহৈবগী মচানুপ অমসুং তালোয় লৈম অনীমক লায়না লাইওং খঙ্দনা অনা লায়কন্নখি। নারিবা অদু নিংথৌনা সনামহী কোল্লু য়ৈখায়রুবগী তেকস্থাক্কি হায়না মায়চৌ মোইরাং লালহাম্বনা হায়রুবদা নিংথৌনা লাইয়িংথৌ সনামহীগী মতিক ময়াই খঙ্লক্তুনা লিন্দুখোং পাতা থাদখিবা কোল্লু অকায়বা

মচেৎশিং অদু লৌখৎল্লুরগা অমুক হন্না মহাক্কী কোল্লু হৈখি। হয়িং খোঙবান্দা লৈবা উফোং/তোলোং য়ুমফমদা লাইয়িম শাদুন ঈরাৎখি।[৩৯]

**মহারাজ ভাগ্যচন্দ্র অমসুং মতুংঃ**

হিন্দু লাইনীং লীচৎকী অয়ৌবী থাক অসি ভাগ্যচন্দ্রনা পানবা মতমদা (খৃঃকুঃ ১৭৫৮) ওইখি।[৪০] মহাক্লা হিন্দু গৌরিয়া বৈষ্ণব লাইনীংদা লাইমীং লৌখি। খৃঃ কুঃ ১৭৮০ দা মহাক্লা শ্রী শ্রীগোবিন্দগী উগী শকপাঙ্গোং শাখি। রাস লিলা হৌদোকখি। মহাক্কী মতমদা ব্রহ্মসভাগী মরূ হুনখি। হকচিনবা মীতৈ হিন্দু লাইনীং চৎপা মীশক অমনা চৎকদবা পরম পথাপশিং অদু য়াওবা "ৰায়েল লাইরিক" কৌবা লাইরিক অদু মাগী মতমদা ইখি।[৪১] চন্দ্রকির্ত্তিগী মতমদা মীতৈবু হিন্দু ওনহনবগী থবক মখা চৎথরম্মী। চীঙ্গোই ঈরূপ্পা কৌবা নোংপোক নিংথৌ খুরুম্বগী কুম্মৈ অসি নিংথৌ অসিগী মতমদা 'বারুনী মহাদেব' খুরুম্বা কুম্মৈ রোমদা ওঙ্খোকখি।[৪২] ভাগ্যচন্দ্র মতমগী 'ৰায়েল লাইরিক' অদু 'বেবস্তানর্ব' হায়না মিংথোন্দুনা চাউথোকহনখি।[৪৩] মহাক্কী মতমদা 'মৈতৈ পুরান বিজয় পঞ্চালি' কৌবা মীতৈবু হিন্দু ওঙ্খোক্লবগী ওইদবা ৱারী, ৱাখল কয়া য়াওবা লাইরিক অদু বেঙ্গোলী লোন্দা পয়ার শন্দদ ইবা হৌখি।[৪৪] চুরাচান্দনা পানবা মতমদা (খৃঃ কুঃ ১৮৯১-১৯৪১) মীতৈ হিন্দু লাইনীং লীচৎকী খুর্জী পায়রিবা ব্রহ্মসভাগী ফম ১০০ রোম লৈরম্মী।[৪৫] মতম অসিদা মীতৈগী পারম পুরমচৎকী লাইনীং অমসুং নাৎপু হিন্দুগী ওইবা ৱাহঙ্খোক পীখিবা মীশক অমদি শক্লাইরবা মীতৈ হিন্দু ব্রহ্মন পন্দিৎ শ্রী ফুরাইলাকপম অতোম্বাপু শর্ম্মনি। হৌজিক্কী মনিপুর অসি আর্য্যশিংগী হৌরকফম 'প্রত নৌকস' হায়বা অদুনি হায়বা য়ৌনা চঙ্‌শিল্লকখি।[৪৬] মহাক্লা লাইরিক ১০০ রোম ইরম্মী। মহাক্লা ইরম্বা লাইরিকশিং অদু য়েংলগা দাক্তর সুনিতিকুমার চতর্জিনা মহাকপু হৌজিক মতমগী রিসী অমসুং নোংপোক ভারতকী আগস্ত মুনি হায়না ফাওবা কৌরম্মী।[৪৭] পামহৈবা নিংথৌনা পানবা মতমদগী চুরাচান্দনা পানবা মতম খৃঃ কুঃ ১৭০৯ দগী ১৯৪১ ফাওবা চহী ২৩০ রোমগী মতম অসি মীতৈবু হিন্দু ওঙ্খোকহনবগী মতমনি হায়না অয়িবনা লৌই। মতম অসিদা মীতৈগী শাগোন্নরকপা লাইয়িংথৌ লাইরেম্মা কয়াবু হিন্দুগী লাইশিংগা মান্নবারোমদা ওঙ্খোকখি। নিংথৌ, চীং, পাৎ, তুরেল কয়াগী মমিং সংস্কৃততা থোনখি। হৌজিক্কী মনিপুর অসি মহাভারতকী মনিপুর অদুনি হায়বা য়ানবা ওইদবা ৱারী ৱাখোঙ্ কয়া পুথোকখি। চুরাচান্দনা পানবা মতমদা অহকপা হিন্দু লাইনীং লীচৎকী মমিংদা মীওই কয়া নৎত্রগা খুঙ্গং অমা পূন্না মাংই হায়দুনা

ইম্ছোকপগী চৎনবী লৈরম্মী।[৪৮] মাংই হায়দুনা ইম্ছোকপগী য়াথং অদু নিংথৌগী অঙম অথৌনা পীব ওইরবদি লুপা ৫০/-, ব্রহ্মসভানা পীবা ওইরবদি লুঃ ৮২ শিকি ৩ অনা ৩ পাই ৩ অদুগা নিংথৌনা পীব ওইরবদি লুঃ ৫০০/- পীরগা শেংতোকপ য়ারম্মী।[৪৯] (মতমদু লুপা ১গী ফৌ সঙ্পাই ৫/৬ রোম তৌরিঙৈগী মতমনি) মতম অদুগী হিন্দু লাইনীং লৌরবা মীতৈশিং অদু কদাইফাওবা মপুক্লিং তানা লাইনীং অসিবু চৎলিবনো হায়বগী মতাংদা চহী ২৭ চুপ্পা খৃঃ কুঃ ১৮৪০ দগী খৃঃ কুঃ ১৮৬৭ ফাওবা মনিপুরদা লৈরম্বা মেক্লোক সাহেবনদি অসুম্না হায়রম্মী — "তশেংবদি মখোয়গী (মীতৈ হিন্দু) লীচৎ অসি মপান থোংদা মানহন্নবগীদমক্তনি। থম্মোইনুংগী অপাম্বা অদু নত্তে। চহী ১০ নৎত্রগা ১২ গী অঙাংশিংনা হিন্দু ৱাখল্লোনগী অমাং অশেংগী ৱাফম অদু থৌশারুবা তৌদনা চীঞ্জাক মখল খুদিংমক চায়, অদুগা হিন্দু অমা ওইবগী ঙাক্লা চৎফম থোকপা চৎনলোনবু অহলশিংনা পুমথা থাদোকপা হায়বসী তোয়না থোকপা থবকনি।"[৫০] (In fact their observance are only for appearance sake, not the promotings of the heart. Children upto 10 or 12 years of age eat every sort of food without regard to the Hindu notion of purity or impurity, And it is a common practice for old people to abandon altogether Hindu observance).

৬। **সনামহী লাইনীং হিংগৎ ঈহৌ (লাইনিংহল ফুল্লো)ঃ** চহী ২৩০ রোম চুপ্পা শিথরুরবা মীতৈগী পারম পুরমচৎকী ওইবা সনামহী লাইনীংগী হিংগৎ ঈহৌগী মতম অমা লাকখি। হিংগৎ ঈহৌ অসীমক্তি কাছারদা লৈবা মীতৈশিংগী মরক্তগী হৌরকপনি অদুগা কংলৈপাক (মনিপুর) লোমদা চঙ্শিল্লকখিবনি। হিংগৎ ঈহৌ অসিগী লুচিংবদি লাইনিংহল নাউরিয়া ফুলোনি। মহাক খৃঃ কুঃ ১৮৮৮ গী থৱান থাগী নিন্দুং ২২ নি পানবদা কাছারগী ঝারিবোন লাইশ্রমখুল মমাঙ্ লৈকাইদ পোকখি। মহাক লমদম অদুগী মীতৈমচাশিংগী মনুংদা ইহান হান্না এনত্রেন্স পরিক্ষা পাস তৌবা মীশক ওইরম্মী। মহাক্কী মতমদা কাছারদা লৈবা হিন্দু মীতৈশিংনা বঙ্গালীশিংগী মরোল মনাৎকী মতৌ তমলম্মী। মহাক্না মহৈরোয় অমা ওইরিঙৈদা মাগী মমান্নবা বঙ্গালীশিংনা মাঙোন্দা — নখোয়গী লোল করিনো? নখোয়গী ময়েক করিনো? নখোয়গী লাই করিনো? হায়দুনা হংলকপদা নহা ওইরিবা নাউরিয়া ইকাইবা নংখি। কংলৈপাক্ত লৈবা মীতৈ হিন্দুনদি অসিগুম্বা ইকাইবা অসি নংখিদে। নিংথৌ অমসুং ব্রহ্মমভাগী হিন্দু লাইনীং অসি লেমজনফম ওইরবনি। কাছারগী বঙ্গালীশিংগী মফমদগী

ইকাইবা নংখিবা অসিনা লাইনীংহল নাউরিয়া ফুলোদা মীতৈগী পারম পুরংমচৎকী ওইবা লাইনীং লীংচৎ হিংগৎ ঈহৌগী ৱাখল খলহনখি। মহাক লাইরিক তম্বা তোক্লবা মতুংদা ওজা ওইরম্মী। ওজা ওইবা তোক্লবা মতুংদা পুলিসকী থবক্তা চঙ্খিদুনা এসঃ আইঃ ফাওব ওইরম্মী। পুলিস ওইনা ওইনা মীতৈগী লাইনীং লীচৎকী মরমদা থিজিনবা হৌখি। মহাক্না কংলৈপাক্তা অনিরক লাক্লুনা মীতৈগী লাইফম কয়া খুরুমখি। অদুগা লাইনীং লীচৎকী মরমদা মুন্না থিজিনখি। পুলিস ওইবা তোক্লবা মতুংদা (মশানা তোক্লগে হায়দুনা তোকপা) মহাক্না মীতৈগী পারম পুরমগী লাইনীংবু হিংগৎনবগীদমক্তা খৃঃ কুঃ ১৯৩০, এপ্রিল ৩০ নিংথৌকাবা নুমিত্ত কাছারদা "অপোকপা মরূপ" কৌবা লাইনীং লুপ অদু লিংখৎখি। অহানবা হৌগৎলকপদদি মহাক্কী লৈকাইদা লৈবা মীতৈ হিন্দুশিংনা অথিংবা কয়া পীখি। মহাক্না পারম পুরমচৎকী লাইনীংবু শন্দোকনবগীদমক্তা থবক কয়া পায়খৎপগা লোয়ননা ঈহৌ অসিগী য়ুমফম ওইগদবা ৱাখল্লোন য়াওবা অমসুং লাইনীং অমা লৈবদা চঙ্দ্রবা য়াদ্রবা শক শোল্লবগী লাইরিকশিং ইখি।

খৃঃ কুঃ ১৯৩০ গী অরোইবা শরূক তখেল্লম্বম বোকুল, পুখ্রম্বম সুরচান্দ অমসুং পুখ্রম্বম ইবোমচানা কাছারদা লাক্লুনা লাইনিংহলগা উনখি। মখোয় অহুন্না কাছারদা লৈরিঙৈদা লাইনিংহলনা মখোয়দা পারী পুরমগী লাইনীং হিংগৎ ঈহৌগী মরমদা ৱারী শাখি অমসুং পাউতাক কয়া পীখি। মফম অদুদা লৈরিঙৈদা মখোয় অহুন্না হিন্দু লাইনীং থাদোক্লুনা সনামহী লাইনীংদা লাইমিং লৌখি।[৫১] মীতৈ লৈবাক্তা হনখ্রগা মখোয় অহুন্না লাইনীংগী হিংগৎ ঈহৌ শন্দোক্লু হায়না অকনবা য়াথং পীখি। ফুরূপ অসিগী পারম পুরমগী লাইনীং হিংগৎ ঈহৌগী লুচিংবা লাইনিংহল নাউরিয়া ফুলো খৃঃ কুঃ ১৯৪১ জুর্ন থাগী ৩০ দা তাইবং থাদোকখি। কোরৌ নোঙ্গা তানখি।[৫২]

১) **কংলৈপাক্ত (মনিপুর) সনামহী লাইনীং হিংগৎ ঈহৌঃ** খৃস্তকুম ১৯৩০ দা লাইনিংহনল নাউরিয়া ফুলোনা কাছারদা 'অপোকপা মরুপ' লিংখৎত্নুনা মীতৈ ফুরূপ (নেসন) গী পারম পুরমগী লাইনীং হিংগৎ ঈহৌ চৎথরকপগী পাউ অসি খৃঃ কুঃ ১৯৩৪ দা মীতৈ লৈপাক কংলৈপাক য়ৌরকখি। পাউ অসি তখেল্লম্বম বোকুলনা কাছারদা চৎলুবা মহাক্কী লৈকাইগী নুপা অমদগী তাব ফংখি। মথং চহী খৃঃ কুঃ ১৯৩৫ গী কৃষ্ণ জর্ম্ম নুমিত্ত তখেল্লম্বম বোকুলনা পুখ্রম্বম তুরচান্দ অমসুং পুখ্রম্বম ইবোমচাগা লোয়ননা কাছারগীদমক কংলৈপাক থাদোকখি। মখোয়না কাছারদা চহী ১ থা ৯ রোম লৈখি। মখোয়না কংলৈপাক্তা হেক থুংলবগা সনামহী লাইনীং ঈহৌ শন্দোক্লবা

য়াম্না কন্না হোৎনখি। অহানবদদি লৈকাইদগী ঈহেন হেন্দোকপা য়ারমদে। অদুবু খৃঃ কুঃ ১৯৩৯ গী অনীশুবা নুপীলাল থোকপদগীদি লৈবাক মীয়ামগী পুক্লিংদা লৈঙাক থৌশিনবু শীংনবগী ঈহৌ অমা লাকপগা ঈরোয়ননা লাইনীংলীচৎ অসীসু শন্দোকপা হৌরম্মী। 'মনিপুর স্তেত মীতৈ মরূপ' কৌবা লাইনীং লূপ অসি লিং খৎত্রিঙৈদ মীওই ৭ না শাবা ওর্গেনাইজিং কমিতি অমা মখাগী মীওইশিং অসিনা শাদুনা শেমলম্মী। মখোয় অদুদি — ১) তখেল্লম্বাম বোকুল ২) পুখ্রম্বম সুরচান্দ ৩) পুখ্রম্বম ইবোমচা ৪) অঙোম নুংশিরৈ ৫) অঙোম লিলা সিংহ ৬) লুক্রাম ইবোতোন অমদি ৭) তোইজম য়াইমা নি। মতম অদুগী ব্রহ্মসভাগী কা হেনজিনবা অমাং-অশেংগী থৌওং চন্দোল শেলখাই, নাপেত শেনখাই হায়বনচিংবা থৌশিল অসিনসু সনামহী লাইনীং হিংগৎ ঈহৌদা নাকোইনবা মতেং ওইখি। মতম অদুগী হিন্দু লাইনীং চৎপা মীয়াম্না মতম অদুগী লৈঙাক বায়েন অমসুং ব্রহ্মসভাগী থৌশিলদা পেন্নরমদে। অদুম ওইনমক সনামহী লাইনীং হিংগৎ ঈহৌ অসি শন্দোকপদা অৱাবা অথিংবা কয়া থেংনখি।

৮) **অনীশুবা মালেম লানজাও মতুংদা সনামহী লাইনীং হিংগৎ ঈহৌঃ** খৃঃ কুঃ ১৯৪৫ গী কালেনগী হুমনি পান্বা মে ১৪ দা তখেল্লম্বম বোকুলনা প্রসিদেন্ত অদুগা ঙাশেপ্পম মনিকচান্দনা সেক্রেতরী ওইদুনা সনামহী লাইনীং হিংগৎনবগীদমক্তা মীওই ১৮ (তরানিপান) না শাবা 'মনিপুর ষ্টেট মীতৈ মরূপ' কৌবা লাইনীংলূপ অমা শেমখি।[৫৩] লূপা অসিনা কৈদৌঙৈদসু মখোয়না শন্দোকলিবা লাইনীং অসি সনামহী লাইনীং কৌসি হায়না ৱারেপ্পখিবা লৈতে।

মীতৈ মরূপগী কাঙবুন সনামহী লাইনীং অসি শন্দোকলকপা মতমদা মীতৈ হিন্দু বৈষ্ণব পন্দিৎশিংগা য়েৎন-মীফম কয়া পাঙ্‌থোকখি। খুদম ওইনা, য়ুম্নাম লৈকাই মান্দবত খৃঃ কুঃ ১৯৪৬-৪৭ তা নুমিৎ নীনী চুপ্পা অতম্ননা য়েৎনখি। খৃঃ কুঃ ১৯৪৭ তা ব্রহ্মসভানা সনামহী লাইনীংগী লূচিংবশিংদা অকনবা থবক লৌখৎখি।[৫৪] খৃঃ কুঃ ১৯৪৭ ওক্টোবর ৩১ দা সনামহী লাইনীং লুচিংবা মীওই ৩৮ গী মথক্ত মখাগী অসুম্না ইস্তোকপগী য়াথং তাউথরম্মীঃ[৫৫] "মেমো নং ব্রঃসংরঃ তাং ৩১/১০/১৯৪৭ ইং প্রজা পুন্নমক্তা খঙ্‌হল্লি ব্রঃ সঃ বাজে ১০৭/৪৫ নংগী কেসতা অমসুং অতৈ অতৈ প্রজানা লাউনবদুনা মখাগী মীশিং অসি মীতৈ মরূপ নৎত্রগা সনামহী ধর্ম্ম চৎলবা ঙাক্তনি হায়বা খঙ্‌বা ঙমই। মখোয় অসি বেদ অমসুং ব্রহ্মন থাদোক্রবা ঐখোয়গী উপসনা দেবতাবু ন্দা তৌদুনা মনিদ্রব চন্দোন মসিন মান্ত্রব গৌরধর্ম্মগী

অচার ব্যবহার পুন্নমক থাদোক্লবা ধর্ম্ম মাদ্রবা কাঙবুনি। গৌরধর্ম্ম চৎপা মী অমত্তনা মখোয়দু উসব মেলা দেব কর্ম্মনচিংবদা চাবা থকপনচিংবা তিন্নবা য়াদে।'

১) শ্রী অহৈবম তোম্বা সিংহ ২) শ্রী লাইরেনময়ুম নিতাই সিংহ ৩) শ্রীসনজেনবম য়াইমচৌবা সিংহ ৪) শ্রীকোঞ্জেংবম নবচন্দ্র সিংহ ৫) শ্রী অচোম গৌরসিংহ ৬) শ্রী থোকচোম যাদোব সিংহ ৭) শ্রী নোংথোম্বম গৌরসিংহ ৮) শ্রী নোংথোম্বম নরান সিংহ ৯) শ্রী ৱাইখোম্ কহ্নাই সিংহ ১০) শ্রী ৱাইখোম তোম্বা সিংহ ১১) শ্রী অহৈবম শামু সিংহ ১২) শ্রী মংসিদম তোম্বা সিংহ ১৩) শ্রী শরাংথেম অঙৌ সিংহ ১৪) শ্রী অতোম্বাপু সিংহ ১৫) শ্রী গোকুলচান্দ ১৬) শ্রী তোম্বা সিংহ ১৭) শ্রী ঙাশেপ্পম মনিকচান্দ সিংহ ১৮) শ্রী তখেল্লম্বম বোকুল সিংহ ১৯) শ্রী পুখ্রম্বম সুরচান্দ সিংহ ২০) শ্রী পুখ্রম্বম ইবোমচা সিংহ ২১) শ্রী লুক্রাম ইবোতোন সিংহ ২২) শ্রী শরাংথেম থম্বাল য়াইমা সিংহ ২৩) শ্রী অঙোম লিলা সিংহ ২৪) শ্রী অচোম মনি সিংহ ২৫) শ্রী লুক্রাম ইবোতোম্বী সিংহ ২৬) শ্রী মধুমঙ্গোল সিংহ ২৭) শ্রী ঙাঙোম গৌরাঙ্গ সিংহ ২৮) শ্রী য়াইখোম খম্বা সিংহ ২৯) শ্রী য়েন্দ্রেম্বম চাউবা সিংহ ৩০) শ্রী ৱাকম্বম বোকুল সিংহ ৩১) শ্রী নোংয়াই সিংহ ৩২) শ্রী মোইরাংথেম পরিজাৎ সিংহ ৩৩) শ্রী নাউরেম অমু লৈশং সিংহ ৩৪) শ্রী নান্দৈবম ইবোতোন সিংহ ৩৫) শ্রী সনসম মনি সিংহ ৩৬) শ্রী মোইরাংথেম বোকুল সিংহ।

লৈপাক্তা (রাষ্ট্র) ওইহনবীনবা শ্রীযুক্ত চিফমিনিস্তর মনিপুর ষ্টেট কাউনসিলদ খঙ্হনবা হায়না লেপনরে। ইতি

তাং ২৫/৭/৪৭ ইং

সহি

তোনস্না শর্ম্ম

রাজপুরোহিশিং

ষ্টেট ওফিস ইম্ফাল। মেমো নম্বর এসজিয় ৬/৪৭/দি ২৬/১১/৪৭ এন্দ পব্লিস ফোর ইনফোরমেসন।

কোপী সারকুলেতেদ তু ষ্টেট ওফিস

পিঃ বিঃ

চিফ মিনিস্তর এমঃ এসঃ

(হোম)

মথক্কী মীওই ৩৮ অসিবু তাষ্হোকপগী ৱাফম অসি চয়োলগী পাউজেলচে 'ঙসি' (ইদিতর কুঞ্জবিহারী) ২শুবা চহী তাং ১৯ দিসেম্বর ইরাই/১৯৪৭ ইং, ১৫

(ক) শুবা মশীংদসু ফোঙ্‌দোক্নুনা য়াওখি।[৫৬]

পারম পুরমচৎকী লাইনীং হিংগৎ ঈহৌ শন্দোকপা লূপ কয়া লৈরে। মখোয়শিং অদুগী মনুংদা মৈতৈ লাইনীং মরূপ' হায়বগীসু অমনি। লূপ অসি খৃস্তকুম ১৯৪৬ কী শজিবুগী থাবুঙ্‌ লৈপাকপোকপা নুমিত্ত মরূপ অসি লিংখৎখি। লূপ অসিদ য়াওবা মীওইশংনা হিন্দু লাইনীং থাদোক্লে পারম পুরমগী লাইনীং চৎলে হায়না ফোঙদোকখি। লাইনীং খোঙ্‌জঙ্‌ অসি মপুঙ্‌ ফানবগীদমক্তা মীওই ১০ না শাবা কমিতি অমা শেমখি। কমিতি অদুগী থৌপুরেল, ওমথং থৌবুরেল, থৌশিল্লোন অমসুং থৌশিনবদি মথংশিংনা লাইখুরাম ইবুংঙোহল (খোগেন্দ্রজিৎ) ব্রাংখৈ ময়ুম গুলাপ মচা, লাইখুরাম ইবোবী অমসুং ব্রাংখৈময়ুম বীরচন্দ্রনা মথংশিংনা ওইখি। মৈতৈ লাইনীং মরূপকী মীওইশিংগা মতমদুগী ব্রহ্মসভাগা মুক্লবা কয়া থোকখি। অহানবা থৌদোক অদুমক্তি — ব্রাংখৈ লাইশ্রম লৈকাইদা লৈবা য়েংখোম গৌরকিশ্বর কৌবা মৈতৈ লাইনীং মরূপকী মীওই অমগী মচা পোকপগী তরুকনি ইপাল থৌরমদা মৈতৈনা হৈকৎ লৈকৎ তৌই শক শোল্লি। থৌওং অসিবু ব্রহ্মসভানা য়াব্রা হায়না মীওই খরনা হায়রুবদগী অচৌবা ব্রাথোক অসি ওইখিবনি।... চিফ কোর্ত শীংনখি। মৈতৈ লাইনীং মরূপকী থৌবুরোল লাইখুরাম ইবুংঙোহলনা লৈখিদ্রবা মতুংদা ব্রাং খৈময়ুম গুলাপমচানা থৌবুরেল অদুগা মোইরাংথেম ইবুংঙোতোম্বীনা সেক্রেতরী ওইখি।[৫৭] মোইরাংথেম ইবুংঙোতোম্মবীনা ইব অমসুং ফোঙ্‌বা 'ঈরাৎ থৌনিরোল অমদি লাইশোন-তিনশোন' পারগা খঙ্‌বা গুম্মী। মদুদি মৈতৈ লাইনীং মরূপ' না শন্দোকলিবা লাইনীং অসি মখোয় মশানা 'পাখংবা লাইনীং' হায়না মিংথোল্লবসু লাইনীং অসিমক্তি ঐখোয়গী শাগোন্নরকপা পারম পুরমচৎকী লাইনীং অদুনি।[৫৮] সনামহী লাইনীংনি। (সনামহী লাইনীং কদাইবু কৌবগে হায়বগী ব্রাফম মথক্তা পনজখ্রে)। য়েৎনবা অমসুং শীংনবা কয়া লোয়ননা নাৎ অমসুং লাইনীংলূপ কয়ানা সনামহী লাইনীং শন্দোরক্লি। হৌজিক্তি (খৃঃ কুঃ ২০০০ মার্চগী) খুঙ্গং লৈকাই অয়াম্বদা হিন্দু লাইনীং থাদোক্নুনা সনামহী লাইনীং চৎপা মীওই লৈরে। চীংয়া তময়াদ লৈব খুঙ্গং খরদদি হিন্দু লাইনীং চৎপা মীতৈ ইরৈ লৈতবা য়াওরে।

৯) **শক্ল-শোন্নবা লাইরিকশিং**ঃ থাজবনা লাইনীং অমগী থব্রায়নি, থৌরম্না মসিগী হকচাংনি। সনামহী লাইনীংগী থৌরম পাঙ্‌থোকপদা শকপা নৎত্রগা শোনবা নৎত্রগা শকপা শোনবগী অনীমক চংই। অমাইবা, অমাইবী অমসুং শৈশকপশিংগী মফমদা থৌনিরোল লাইশোলশিং অমসুং ঈশৈশিং অদু চীম্বুংদা লৈজরবসু অদুগুম্বা থৌনিরোল লাইশোলশিং অমসুং ঈশৈশিং অদু ইথোক্লবা লাইরিক ওইনা লৈবগী মথৌসু তারকই।

অদুগুম্বা লাইরিকশিং অদু সনামহী লাইনীং হিংগৎ ঈহৌগী অহানবা ওইনা পুথোকখিবদি লাইনিংহল নাউরিয়া ফুঙ্লোনি। লাইরিকশিং অদু অহানবদদি খুৎইদ ওইনা মথং মথং শিন্দোক্লুনা শন্দোক্লকখি। অতোপ্পা থৌনিরোল লাইশোল খরদি থোকচোম থৌকাচানবা মীতৈনা ফোঙ্বা (১৯৬০) 'থৌরম পরেং অশুবা', লাইশ্রম মনাউবীগী 'মীতৈ ইনাৎ', মোইরাংথেম ইবুংঙোতোম্বীগী 'ঈরাৎ থৌনিরোল অমদি লাইশোন তিনশোন' শগোলশেমচা রাজমুহোন মৈতৈগী 'পুৰারী য়াইবী মিরেন থৌনিরোল' অসিনচিংবনি।

১০) **সনামহী লাইনীং হিংগৎ ঈহৌদা নোংলৈ-নুংশিৎকী মতমঃ** হান্না চৎথরকপা সনামহী লাইনীং ঈহৌগী ঈচেল অদুদগী খর খেন্নবা মওংদা ঈহৌগী ঈনোৎ অমা খৃঃ কুঃ ১৯৭৫ দগী চঙ্লকপা হৌখি। মদু খৃঃ কুঃ ১৯৮০ অদুৰাই ফাওবা চৎথখি। চহী ৫/৬ কী মতম অসি মীফা মীপুন, য়েখায় থুগাইবা অমসুং মীশি মীনাগী থৌদোক ৰাথোক্কা চেন্নৈ। মরম অসিনা মসিগী তাংকক্ অসিবু অয়ীবনা 'সনামহী হিংগৎ ঈহৌদা নোংলৈ-নুংশিৎকী মতম' হায়না মিংথোক্লি। অনৌবা ঈনোৎ অসিগী মনুংদা মরু ওইবা থৌদোক ৰাথোক খরা মখাদা পীজরিঃ

ক) **লাইয়িংথৌ সনামহী লৌশিনবাঃ** পামহৈবগী মতমদা অমুক হন্না তরেৎ শেলহিংনা হৈদুনা শাখিবা লৈবাক নিংথৌগী ওইবা লাইয়িংথৌ সনামহীগী চেংলৌ শকপাম্ফোং অদু কৈশামথোং মোইরাং নিংথৌ লৈরক, ইম্ফালদা লৈবা লৈহাউথাবম সুর্জমনি শর্ম্মগী ইংখোন্দা লৈবা লাইশঙ্দা অরোইবা ওইনা লাৎনখি।[৫৯] লাই অসি মীতৈগী অশেংবা লাইনি। লাইয়িংথৌ অসিবু মাগী হান্নগী অশেংবা লাইশঙ্ হয়িং খোঙ্বান তোলোং য়ুমফমদা লৈরিবা অসিদা পুরক্লুনা তাইরেল পোংফাইনা হায়দুনা অমাইবা অমাইবীনা ঈরাৎথৌনি থৌরম তৌগদবনি হায়দুনা মীতৈ সনামহী লাইনীং লোয়শিংনা খৃঃ কুঃ ১৯৭৫ গী মেরা চাউরেল হৌবগী কুম্মৈ নংনবগীদমক লাই অসিবু বামোন অদুগী লাইশঙ্দগী লৌরুনবা অপুনবা খোঙ্জঙ্ অমা চঙ্শীনখি। থৌদোক অসিদ পুলিসনা নোংমৈ কাপ্পদা লাইলৌবা লাকপা মীওইশং অদুগী মরক্তগী ১) হৈস্নাম কুমার (হৈঙাং) অমসুং ২) ওইনাম ইবোচাউবা (ওইনাম) কৌবা সনামহী লাইনীংলোয় অনী শিখি।[৬০] থৌদোক অসিদা লাইশঙ্গী সুমাঙ্দগী 'মীতৈ নেশনেল ফ্রুন্ত'কী প্রসিদেন্ত চীংশুবম অকাবা য়াওনা মীওই ৭ (তরেৎ) পুলিসনা ফাজিনখি। মখোয়গী মনুংদা মীওই খরদি নুমিৎ ২৬ নিরোম কৈশুমশঙ্দা লৈখিবা য়াওখি।[৬১]

মথক্তা পনখিবা ঈরাং অসিদগী ওইগনি মদুদি খৃঃ কুঃ ১৯৭৬ দিসেম্বর ৩ দা

মনিপুর লেজিসলেতিব এসেমব্লীদা মতম অদুগী লোকেল শেল্ফ্ গবর্ণমেন্তকী মিনিস্তরনা 'লাইনিংথৌ সনামহী তেমপল বিল' পুথোকখি।

খৃঃ কুঃ ১৯৭৭ ওক্তোবরগী অহানবা চয়োন্দা মনিপুর লৈঙাক্লা লাইনিংথৌ সনামহী তেমপল বোর্দ অদু মুৎথৎলম্মী অদুগা বোর্দ অদুগী থবক তৌওম্বগী পাঙ্গল পুন্নমক বোর্দ অদুগী হান্না সেক্রেতরী ওইরম্বা মীশক অমদা শিন্নরম্মী। চহী অদুগী ওক্তোবর ১৩ গী নোংঙাল্লমদাইদা লাইয়িংথৌ সনামহীবু লনাই মীওই অদুগী লাইশঙ্দগী তোলোং য়ুমফমগী লাইশঙ্দ পুরকখি। তাং ১৩ গী নুংথিলদা মতম অদুগী চিফ মিনিষ্টর য়ংমাশো শৈজানা মফম অদুদা লাক্কুনা মতম কুইনগী মমাঙদগী ঈরাৎ থৌনিজবা ঙমলক্কবা লাইয়িংথৌ সনা মহী অসি নুমিৎ অদুদগী লৈপাক মীয়াম্না ফোংনা লাৎচবা ফংজরে হায়খি। লাই অসি লৌবগী থবক্ত মহাক্না অকনবা শরুক য়াখিবগী মতাং পনখি।[৬২] কুম অদুদগী (খৃঃ কুঃ ১৯৭৭) হৌদুনা মেরাগী নোংমা পানবা নুমিৎ অসি 'লাইনিংথৌ সনামহীগী মেরা চাউরেল হৌবা' হায়না মিংথোন্দুনা মনিপুর লৈঙাক্লা 'মীয়ামগী পোৎ থা নুমিৎ'নি (জনেরেল হোলিদে) হায়না লাউথোকখি।

খ) কোং মরু লাইফম লৌশিনবাঃ কোংবা তুরেলগী হৌরকফম মরু ওইরিবা চীংগী লোকথেলদা লৈরিবা কোংমরু লাইফম হায়বসি লাইয়িংথৌ কোংলৌতোন লৌথিবগী লাইফমনি।[৬৩] লাইফম অসি লৌশিন্নবগীদমক সনামহী লাইনীং লোয়শিংনা খোঙজঙ্ অমা চঙ্শিনখি। শঞ্জেনবম লুপো (শাগোলমাং) অমসুং ইবুংঙো অভিরাম (শগোলমাং) অনীনা মথংশিংনা থৌবুরেল অমসুং থৌপাঙ্বা ওইবা 'কোংবা মরু থৌপু কাঙ্লুপ' অদুনা হান্না লাইফম অসিবু মহাদেবগী লাইফমনি হায়দুনা শীল লাঙ্লম্বা মীশক অদুদগী লৌশিনবগী য়ান-চে অদু সাইখুল এসঃদিঃসীঃ ওফিসত ১৯৭৯ সিভিল কেশ নম্বর ৩ গী মতুং ইন্না ১৯৭৯ এপ্রিল ২২ দা য়ানখিবনি।

গ) **লায়িংথৌ মোংবহনবগী উমংনা কোন্না খূদুম চন্নবগী থৌনিবা ঃ** লাইয়িংথৌ মোংবহনবদি উমংলাই হরাউবগী উমংলোনদা য়াওবা লাইয়িংথৌ মাপলগী মনুং চনবা লাইনি।[৬৪] শাদোকপম লাইপুগী কুমশক ১৬৪১ (খৃঃ কুঃ ১৭২৯) ১৬নি নোংমাইজিংদা সনা কৈথেলদা য়ুংবা নুঙ্বু হনুমানগী মুর্ত্তি শানবা মোংবহনবা উমংদা চিংশিনখি।[৬৫] হিন্দু লাইনীং লৌরম্বদগী মহাবলি উমং হায়না হনুমানগী লাইফম ওন্থোকখ্রবা লাইফম অসিবু খুদুম চন্নবগীদমক্তা খৃঃ কুঃ ১৯৭৯ মে ৬ নোংমাইজিং নুমিত্ত সনামহী লাইনীংলোয় অহল্লোন নহারোলশিংনা 'মোংবহম্বা উমংলেন কনবা

লূপ' কৌবা লূপ অমা শেমখি। লূপ অসিনা লুচিংদুনা খোঙ্জঙ্ কয়া চঙ্শিনখি। জুলাই ৩ দা মোংবহনবগী উশিলপুঙ্দ ইরাৎ থৌরম তৌগে হায়না চঙ্খিবা 'মীতৈ নেসনেস ফ্রন্ত'কী প্রসিদেন্ত চীংশুবম অকাবা য়াওনা মীওই ১০ খক পুলিসনা ফাদুনা পুখি।[৬৬] মখোয় পুন্নমক নুমিৎ অদুদা থাদোক্লকখি।

ঘ) **নোংমাইজীংগী নোংপোক নিংথৌ লাইফম খুদুম চন্নবা হোৎনবাঃ** মীতৈগী অশেংবা লাইফম নোংমাইজিং চীংদোন্দ লৈরিবা লাইয়িংথৌ নোংপোক খুরুম্বা অমদি চীংগোই ঈরূপ্লবু চন্দ্রকির্ত্তিগী হাক্তক্ত (খৃঃ কুঃ ১৮৫০-৮৬) শিবা মহাদেব খুরুম্বা চীংগোই বারুনী রোমদা ওম্থোকখি।[৬৭] খৃঃ কুঃ ১৯৭৮ দা লাইফম অসিদা লাইয়িংথৌ নোংপোক নিংথৌ লাৎপা হৌদোক্লবগী খোঙ্জঙ্ অমা সনামহী লাইনীংলোয় শিংনা চঙ্শিনখি। গোবিন্দ তেমপল বোর্দপু অথিংবা পীখি। "মীতৈ নেসনেল ফ্রন্ত"কী ফিমু শেৎপা নহারোলশিংনা ঈরাৎ থৌরম অদু কায়দনবা য়াম্না চেকশিন্না ঙাক শেনখি।[৬৮] ওল্লকপা চহী খৃঃ কুঃ ১৯৭৯ দা লাইফম অসি মুন্নবগী মতাংদা মুরুবা থোকখি। 'মীতৈ নেসনেল ফ্রন্ত' কী নহারোলশিংনা কন্না হোৎনবদগী গোবিন্দ তেমপল বোর্দ অমসুং অন্দ্রোগী কাঙ্বু অনীমক লাইফম অসিদা খুৎ থিং জিনহনখিদে।[৬৯] অদুবু মতুং তারকপগী ওইনদি লাইফম অসি সনামহী লাইনীং লোয়শিংনা খূদুম চনশিল্লে হায়বা য়াদে।

ঙ) **হীয়াংথাং লাইরেম্বীগী লাইফম খুদুম চন্নবা হোৎনবাঃ** হৈবোক চীংদা লৈবা হীয়াংথাং লাইরেম্বীবু মীতৈনা হীরৈমা কৌই।[৭০] লাইরেম্বী অসিবু সান্তদাস গোসাইনা পামহৈবা নিংথৌদা দেবীনি হায়দুনা কামাখ্য দেবীগী খুভমদা ওম্থোকখি।[৭১] খৃঃ কুঃ ১৯৭৯ সেপতেম্বর ২২ মেরাগী নোংমা পানবাদগী হৌনা হীয়াংথাং লাইরেম্বীগী খুভমদা মীতৈ ঈনাৎকী অশেংবা থৌরম ঈরাৎ থৌনিজবা হৌরগনি হায়না সনামহী লাইনীংলোয় কাঙ্বু অমনা চে চাইখি। খোঙ্জঙ অসি 'হীয়াংথাং ঈরৈমা (হীরৈমা?) থৌগল লূপ' না শিনবনি। লূপ অসিগী লুচিংপুরেন অমসুং থৌবুরেলদি মথংশিংনা থৌনাউজম কোন্দুম (লাংথবান) অমসুং মাইস্নাম ইবো (হীয়াংথাং) না ওইরম্মী।[৭২]

চ) **হিন্দু লাইনীংগী লাইশঙ্ অমসুং লাইগী শক্তম মৈথাবঃ** 'মীতৈ নেসনেল ফ্রন্ত' কৌবা পারম পুরমগী সনামহী লাইনীং হিংগৎ ঈহৌ শন্দোকপা লূপ অসিগী ৱাফোঙ্ লোয়শঙ্দগী থোক্লকপা চেরোল অমনা হায়খি মদুদি কংলৈপাক্ত (মনিপুর) অরানবা পাম্বৈ শীজিন্নদুনা নীংখিবা লাইগী মুর্ত্তিশিং অমুক থম্বা য়াররোই। লৈরিবা

হিন্দু লাইগী মুর্ত্তিশিং থুগাইবগী থবক অসি ফ্রন্ত অসিগী 'খূৎথা লুপ' না খৃঃ কুঃ ১৯৮০ ওক্তোবর ২১ মেরাগী ১২ নি পানবা লৈপাকপোকপা নুমিৎকী অহিং নোং য়াইদগী হৌখি হায়।[৭৩] খৃঃ কুঃ ১৯৮০ গী লোইরমদাই থা ৩/৪ গী মনুংদা হিন্দুগী লাইশঙ্ ১০ (তরা) রোম অদুগা লাইগী মুর্ত্তি ১০০ (চাম) রোম মৈ থাখি হায়না 'বৈষ্ণব ধর্ম্ম রক্ষ সমিতি' কৌবা নৌন শেম্বা সংস্থান অমনা হায়খি। অসিগুম্বা থবক অসিগীদমক্ত শ্রী গোবিন্দজীগী ব্রম্মাসভা অমদি পালা লোয়শঙ্না চিংবনা পেন্দবা ফোঙদোক্লখি।[৭৪] থবক অসি কনানা নৎত্রগা খরম্বা লুপ্না তৌবনো হায়বগী চপচাবা খুদম চাংদমদি অয়ীবনা ফংদে। অদুম ওইনমক থবক অসি মীতৈশিংগী নৎত্রগা মীতৈ হিন্দুশিংগী লাইনীং পুৱারীগী শরুক অমদি ওইরে।

ছ) **লাইনীং লাইরিক মৈথাবঃ** পামহৈবা নিংথৌগী হাক্তক্ত খৃঃ কুঃ ১৭৩২ মেরাগী ১৭ নি পানবা নুমিত্ত, মীতৈ মায়চৌশিংগী ময়ুমদা লৈবা লাইরিকশিং অদু পুখৎলকউ, করিগুম্বা পুখৎলকপদা লেমহৌবা য়াওরবদি মশম মনা কোক্কনি, মতিকচাবা চৈরাক পীগনি, অৱাফম তাহনগনি হায়দুনা শামু তোংদুনা পাউজেলহল্লগা, নিংথৌনা লাইরিক পুন্নমক খোমগৎলগা কংলা উত্রা মমাঙদা মৈ থাখি। লাইরিক ১২০ হেন্না মৈথাখি।[৭৫] থৌদোক অদুবু নীংশিংবা ওইনা খৃঃ কুঃ ১৯৭৮ ৱাকচীং ২৩ নি পানবা নুমিৎকী নোংঙাল্লমদাই মতমদা অহানবা 'পুয়া মৈথাবা নিংশিং নুমিৎ' লাইয়িংথৌ মোংবহনবা উমং লাইকোন্দা পাঙ্থোকখি। মথংগী নীংশিং থৌরম অদু কংলা উত্রা লৈরমফম মমাঙদা খৃঃ কুঃ ১৯৭৯ জনুৱারী ২৯ দা পাঙ্থোকখি। থৌরম অদুগী শরুক অমা ওইনা সান্তসাস গোসাই অমসুং পামহৈবা অনীগী শক্তম্বু পোৎলোইবগী মতৌগুম শীং শেমলগা মৈ থাখি। 'পুয়া মৈ থাখিবা নীংশিং নুমিৎ' অসি চহী খুদিংগী 'মীতৈ নেসনেল ফ্রন্ত'না পাঙ্থোক্তুনা লাকই। অদুবু হিন্দু লাইনীংগী লাইরিক মৈ থাবগী ৱাফমদি তাখিদ্রে।

১১) সনামহী লাইনীংগী হরাউকুম্মৈ পাঙ্থোক্লরকপাঃ সনামহী লাইনীং অসি অসুম শন্দোক্লকপগা লোয়ননা লাইনীং অসিগী হরাউকুম্মৈ অমসুং থৌরম খরদি ফজনা পাঙ্থোক্লরক্লে। মখোয়শিং অদুগী মনুংদা ১) শজিবু নোংমা পানবাদা চৈরাউবা ২) লাইরেম্মা পাম্থোইবী ঈরাৎ থৌরম অমসুং ৩) থাবল চোংবগী মমিং পনবা য়াই।

১) শজিবু নোংমা পানবদা চৈরাউবাঃ মীতৈ হিন্দু লাইনীংলোয়শিংনা শজিবু থাগী পানখৎলকপদবু ওইরবসু থাশিরমদাইদবু ওইরবসু চরক পুজা তাবা নুমিত্তু

তান্না তান্নদুনা চৈরাউনরকই। সনামহী লাইনীং লোয়শিংনদি কুম অমগী মনুংদা লৈরিবা থা ১২ গী অহানবা থা ওইরিবা শজিবু থাগী অহানবা নুমিৎ নোংমা পানবা হায়বসি কুম অদুগী অহানবা নুমিৎনি হায়বা ৱাখল্লোন অসিদা য়ুমফম ওইরগা শজিবু নোংমা পানবা নুমিত্ত চৈরাউবগী ওইবা লাইগী থৌরম তৌদুনা লাকই। হৌগৎলকপা মতমদদি কৈথেলদা চৈরাউবগী পোৎচঙ্ চৈজঙ্ ফাওবা ফংবদি ৱানা থোক্লম্মী। অদুবু খৃঃ ১৯৭০ অদুৱাইদগীদি নোংমা পানবদা চৈরাউবগী মশীং হেনগৎলকখি।

লুপ নিপাল হায়বদি — ১) হৌরকফম থিজিনবা কাঙ্লুপ ২) শজিবু নোংমা পানবা চৈরাউবা থৌপাঙ্লুপ ৩) ঈনাৎ কনবা লোয়শঙ্ ৪) লৈমরোল শিনথা মরূপ ৫) চৎনলোন থিগৎপা কাঙ্লুপ ৬) নোর্থ ইষ্টর্ন কলচরেল রিশার্চ এসোসিএসন ৭) কংলৈ ঈনাৎ কনবা ফুরূপ অমদি ৮) শজিবু নোংমা পানবা চৈরাউবা এদহোগ কমিতি অসিনা পূনশিন্দুনা 'শজিবু নোংমা পানবা চৈরাউব জোইন্ত একসন কমিতি' কৌবা অপূনবা লূপ অমনা খৃঃ কুঃ ১৯৮০ মার্চ ১৭ নিংথৌকাবা নুমিত্ত চৈরাউবীয়ু হায়না চে চাইথোকখি। কমিতি অসিনা শজিবু নোংমা পানবা তাবা নুমিৎ অসিবু পোৎথা নুমিৎ (সুতি নুমিৎ) ওইহনবীয়ু হায়না কংলৈপাক্কী (মনিপুর) চিফ মিনিষ্টরদা নিংশিং চেরোল (মেমোরেন্দম) অমা পীশিনখি। নুমিৎ অসি কংলৈপাক (মনিপুর) লৈঙাক্কা অপাম্বশিংগী ওইবা পোৎথা নুমিৎ (রেস্ট্রিকতেদ হোলিদে) ওইরে হায়না লাউথোকখি।[৭৬] শজিবু নোংমা পানবদা চৈরাউবগী মশীং অসি অসুম অসুম হেনগৎলকপনা খৃঃ কুঃ ১৯৮০ দগীদি হিন্দু লাইনীংচৎপা মীতৈ ফাওবনা নুমিৎ অসিদা চৈরাউবা য়াওনরক্লে। অসুন্না মশীং য়াম্না চৈরাউনরকপা অসি উবদগী ওইগনি মদুদি কুমসিদি (খৃঃ কুঃ ২০০০) শজিবু নোংমপানবা মীতৈ চৈরাউবা নুমিৎ অসি জেনরেল অমসুং পাব্লিক হোলিদে লিস্ততা য়াওরে।[৭৭] মতাং অসিদ পনবা য়াবা অমদি কুমসিদি ৱাকচীং ১৩ নি পানবা ইমোইনু ইরাৎপা নুমিৎ অসি জেনেরেল অমসু পাব্লিক হোলিদে লিস্ত য়াওরে।

চ) পাম্থোইবী ঈরাৎ থৌরমঃ পামহৈবগী হাক্তক্ত সনান্তদাস গোসাইনা হীয়াং থাং লাইরেম্মী হীরৈমগী লাইফম্বু কামাখ্য দেবীগী লাইফম ওম্থোকখ্রবসু কংলৈপাক্কী খুঙ্গং লৈকাইদা অমসুং মীতৈ হিন্দুশিংগী য়ুমদা দুর্গা দেবী পুজা পাঙ্থোকনরকপা অসিদি বঙ্গালীশিংনা লমদম অসিদা বাবু ওইদুনা লৈরকপদগী মখেয়ানা দুর্গা পুজা তৌবগী মতৌ তমদুনা চৎনরকপনি হায়নৈ। মরম অসিনা পাকশন্না দুর্গা পুজা তৌনরকপা হৌরকপসি খৃস্তগী ১৯ শুবা চহীচা লোইশিল্লকপা অদুৱাইদগী ওইগদবা মাল্লি। অদুবু খৃঃ কুঃ ১৯৬০ অদুৱাইদগীদি দুগন্ন পুজা কুম্মে অসি তপ্না তপ্না পাম্থোইবী

ঈরাৎপনা মহুৎ শিনজিল্লকখি। হিন্দু লাইনীং শন্দোকপা য়ানবগীদমক্তা লাইরেম্মা পাম্থোইবীবু দুর্গানি হায়জিল্লুব অদুগী খুদোংচাবা লৌদুনা সনামহী লাইনীং লোয়শিংনা থৌওং অসি পায়খৎলকপনি হায়না অয়ীবনা খল্লি। অমবু ওইরে, অমবু ওইরে থৌওং অসি সনামহী লাইনীং হিংগৎ ঈহৌগী শরূক অমদি ওইরে।

৩) য়াওশঙ মনুংদা থাবন চোংব ঃ থাবল চোংবা হায়বা অসিদি ফূরূপ অসিগী শাগোন্নরকপা লৈশেম লোন্দা য়াওবা ঔগ্রি হংগেংন চোংবা হায়বা মতাং অদুদ য়ুমফম ওইরগা পাঙ্থোকখিবনি।[৭৮] মতম অমদি থাবল চোংবগী চৎনবী মওং অসি লাঈরোল খঙ্বা মীশক অমনা লাইয়িংথৌ লাইরেম্মাশিংগী মতিক ময়াই শৈথাদুনা ঔগ্রি লাইরোল শক্তুনা ঈশৈ হল্লগা মীয়াম্না খুল্লগা থাবল চোংবগী চৎনবী ওইরম্মী। কাইনথংদা হিন্দু লাইনীংগী 'হোরি হোরি বোলা' হায়না ঈশৈ হনবা মতমদা শীজিন্নবা হৌখি।[৭৯] য়াওশঙ্ হায়না লমদম অসিদা পাকশন্না পাঙ্থোকপা হৌখিবা অসি খৃস্তগী ১৯ শুবা চহীচা লোইশিল্লকপা চন্দ্রকৃর্ত্তিগী মতম গৌরিয়া ধর্ম্মনা খমথেংনা চাউখৎলকপা মতমদনি। চুরাচান্দগী হাক্তক্তগীদি লমদম অসিদা মপুংফানা পাংথোখ্রে।[৮০] সনামহী লাইনীংগী থাবল চোংবা থৌরম অসি হিন্দু লাইনীংগী য়াউশঙ্ কুম্মৈদা পূনশিনখিবনি। খুঙ্গং লৈকাই অয়াম্বদা য়াউশঙ্ মৈ থাবা উশিল্লক্রে। অদুবু লৈশেম লোনগী ঔগ্রি হংগেন চোংবদা য়ুমফম ওইদুনা শাগৎখিবা থাবল চোংবগী কুম্মৈদি অসুম অসুম চাউবা হেনগৎলক্রি। খুন্নাই অসিদা থাবল চোংবা হায়বসি য়াওশঙগা থোইদোক্না মরী লৈনবা তৌদনা হরাউ নুংঙাইবা ফোঙ্দোকপগী মওং ওইনা চৎথরকপসু উরে। ঔগ্রি হংগেন চোংবা লীরোল শকপা হায়বা থৌরম অসিমক্তি খৃঙ্গাও লৈচাউনবা লৈপাক নিংথৌ মরা চেৎনবা পাঙ্থোকপা থৌরম অমনি।[৮১]

১২) **লাইরিক ফোঙ্লকপদা শীংনবাঃ** কনাগুম্বা লাইরিক ইবা মীওইশিংনা মীতৈ ফূরূপ (নেসন) অসিগী শাগোন্নরকপা পারম পূরমচৎকী ওইবা মচু তারবা মনাৎ, মরোল, লাইনীংবু অতম্না ইকাইখুম্না মাঙ্হন্নবা নৎত্রগা অরানবা য়ুমফমদা শাগৎতুনা অরানবা ৱারী ৱাখোঙ্ ইরক্লবদি নৎত্রগা অরানবা ৱাহম্থোক পীদুনা ওইদবা ৱারী ৱাখোঙ্ অমা শাগৎতুনা লাইরিক ফোঙ্লক্লবদি নৎত্রগা ৱারী ৱাখোঙ্ ইরক্লবদি সনামহী লাইনীংলোয়গী লূপশিং অমসুং মীওইশিংনা লাইরিক অদু নৎত্রগা ৱারী অদু য়াদবা উত্তুনা শীংনবা অমসুং মুক্লবগী থবক পায়খৎলি। মদুগী খুদম খরা মখাদা পীজরিঃ

ক) মহাভারতকী অশেংব মনিপুর (১৯৬৭) - চীঙ্গাংবম কালাচান্দ শাস্ত্রি (লৈকোল– অহানবা ফোংবা, কালেন ১৯৬৭)ঃ ইম্ফাল কোন্নুং ওইবা) হৌজিক্কী

মনিপুর অসি মহাভারতকী মনিপুর অদু নত্তে; লৈবাক অসিগী মমিং মনিপুর কৌরিবা অসিদি খৃস্তগী ১৮ শুবা চহীচাদা থোনজিনখিবা মমিংনি; মতম অদুদা ফাওবা মিং অসি ইশী শীজিন্নরমম্বা নত্তে হায়বসী মীতৈ সনামহী লাইনীংলোয়শিংগীসু ওইবা ফিরেপনি। মীতৈ হিন্দু গৌরিয়া বৈষ্ণব সংস্কৃত পন্দিৎ শ্রী চীঙাংবম কালাচান্দ শাস্ত্রিনা 'লৈকোল' কৌবা চেফোঙ্ অদুদা 'মহাভারতকী অশেংবা মনিপুর' হায়না মিংথোনবা ৱারেং অমা ফোংখি। তেরাগী মীফমদা অয়েকপম তোম্বা মীতৈনা ঐখোয়গী মনিপুর অসি মহাভারতকী মনিপুর অদু নত্তে হায়নবা অকনবা ৱাফম পীখি। য়েৎন-মীফম অদুগী অকূপ্পা ৱারোল য়াওবা লামায় ২০ (কুন) লোম পানবা 'মহাভারতকী মনিপুর' কৌবা লাইরিক মচা অম 'মীতৈ মরূপ হিস্তরিকেল রিসার্চ কমিতিনা পীব ৱারোল' অদু 'নহারোল মীতৈ' না ফোঙ্খি। [৮২]

খ) মনিপুরী মুসলিম (১৯৭২)– (প্রেঃ মহাম্মদ আলি জনাব খান ইফম এমঃ এঃ লেকচরর, জিঃ পিঃ ৱুইমেনস কলেজ, ইমফাল)ঃ লামায় ৭২ পানবা লাইরিক অসিদা য়াওরিবা পুৱারীগী (ইতিহাস) অমসুং মীতৈ নাৎকী মরমদা অশোয় অঙামশিংগী মতাংদা সনামহী লাইনীংগী লমদম অসিগী মাঙ্জীন থাবা লাইনীং লূপ অমা ওইরিবা 'মীতৈ মরূপ'না লাইরিক অসিবু শীংনখি। লূপ অসিগী 'হিস্তরিকেল রিসসার্চ কমিতিগী প্রসিদেন্ট তখেল্লম্বম বোকুলনা ইবা 'মনিপুরী মুসলিম' কৌবা লামায় ৫৩ (য়াঙখৈ হুমদোই) পানবা লাইরিক অমা খৃঃ কুঃ ১৯৭৪ জনুৱারী থাদ 'মীতৈ মরূপ'না ফোঙ্দোক্তুনা পুথোকখি।

গ) দি হিস্তরী ওফ মনিপুর (১৯৮৬) - (দবলিউ. ইবোহল সিংহ) ঃ ইংরাজী লোন্দা ইবা লামায় ৫০০ (চমঙা) রোম পানবা কংলৈপাক পুৱারী লাইরিক অসিবু শীংনবগী মীফম অদু খৃঃ কুঃ ১৯৮৮ ওক্তোবর ১৬ মেরাগী ৬ নি পানবা নোংমাইজিং নুমিত্তা থম্বালখোং 'মীতৈ মরূপকী শঙলেন'দা পাঙ্থোকখি। শীংনবগী মীফম অদু 'লাইনিংহল নাউরিয়া ফুলো মপোক নুমিৎ নিংশিং থৌরাং লূপ' না শীনখিবনি। য়েৎনা মীফম অদুদা শাক্লাইরবা সনামহী লাইনীং লোয় প্রোঃ কাংজিয়া গোপালনা লাইরিক অদুদা য়াওরিবা অশোয় অঙাম কয়ামরুম পুথোক্তুনা ৱা ঙাঙ্খি।

ঘ) মনিপুর থিবা (১৯৯৪) - কৈশাম বীরচান্দঃ লাইরিক অসিদা ইম্ফালনা কোন্নুং ওইবা ঐখোয়গী মনিপুর অসি মহাভারতকী মনিপুর অদুনি হায়বা উৎনবা অতম্লনা হোৎনৈ। লাইরিক অসিবু মীতৈগী লাইনীং অমসুং নাৎকী ওইবা লূপ ৯ (মাপল) না পুনশিন্দুনা শেম্বা 'ঈরৈবাক ঈনাৎ কনবা অপুন্লুপ'না শীংনখি। ৱায়েৎ

মীফম অদু খৃঃ কুঃ ১৯৯৮ সেপতেম্বর ১০ গী অয়ুক পুং ১১.৩০ রোম তাবা মতমদা কোনুংগী গেত ময়াদা লৈবা গর্বর্নমেন্ট দাক্স কলেজদা হৌখি। শরুাইরবা সনামহী লাইনীংলোয় ইরেংবম লুখোইনা প্রসিদেন্ট ওইখি। ৱায়েল্লোয় তরেৎকী অপুনবা ৱায়েন্দা "ইম্ফালনা কোন্নুং ওইবা হৌজিক্কী মনিপুর অসে মহাভারতকী মনিপুর নত্তে" হায়না ৱায়েল তাখি। য়েৎন মীফমগী ৱারোল পুন্নমক য়াওবা লামায় ১১৮ পানবা লাইরিক অমা 'ঈকল'না তাং ২৮/৬/৯৯ দা ফোঙখি।[৩]

১৩) **লাইনীংগী অশেংবা পুয়ায়লাইরিক খনগৎপাঃ** সনামহী লাইনীং চাউখৎলকপা পুৱারীদা য়াম্না মরুওইবা তাংকক্ অমদি পারম পুরমচৎ লাইনীংগী ওইবা অশেংবা পুয়া/লাইরিক (হোলি বুক) খনগৎখিবা অসিনি। খনগৎনবগী থবক অসি মৈতৈ/মীতৈগী অশেংবা পুয়া/লাইরিক খনগৎ লূপনা পায়খৎপা থবক্নি। লূপ অসিগী 'অশীন-অরাঙ্ লূপ' কী য়াইতোঙ্বদি শকনাইরবা লাইনীংলোয় ইরেংবম লুখোইনি। চৎথরকপা থবক্কী মতুং ইন্না মথৌ তারকপদগী লৈবাক্কী অখণ্ড-অহৈ শিংদগী পাউতাক লৌবা তারকখি। ১) প্রোঃ দাক্তর মোইরাংথেম কির্ত্তি ২) প্রোঃ সাইরেম নীলবীর অমদি ৩) প্রোঃ দাক্তর ভাগ্যচন্দ্র অহুমদগী অশেংবা পুয়া লাইরিক খনগৎনবগী য়ুমফম ওইবা য়াবা পরম পথাপশিং কৌখি। খৃঃ কুঃ ১৯৯১ জুন ২৩ দা লৈবাক অসিগী ঈনাৎ লাইনীং চৎলবা অখণ্ড-অহৈ ৭৮ দা পাউজেল পীদুনা মীওই ৯ না শাবা অখণ্ড-অহৈ লূপ অমা শেমখি। মখোয় মাপল অদুদি পারম পুরমচৎকী লৈবাক্কী শকনাইরবা লাইনীংলোয় — ১) নিংঙোম্বাম মনিজাউ (সনা কোনুং) ২) অকোইজম নোদিয়াচান্দ পিবা (নুমিৎ খরনি য়াওরল্লগা লাকখিদ্রে) ৩) অয়েকপম তোম্বা মীতৈ (তেরা) ৪) মোইরাংথেম নরেন্দ্র (খোংমন) ৫) অথোকপম য়াইমা (লংদুম) ৬) শগোলশেম লৈবাকমচা (শগোলবন) ৭) চোংথাম নিলো (নম্বোল) ৮) প্রোঃ দাক্তর লাংপোকলাকপম ভাগ্যচন্দ্র (পিশুমথোং) অমদি ৯) প্রোঃ সাইরেম নীলবীর (খুরাই) অসিনি। তোলোং য়ুমফমদা লৈবা লাইয়িংথৌ সনামহীগী শঙলেন্দ "অখণ্ড্-অহৈ লূপ" অসিগী মীফম ৩১ (কুম্থামাথোই) রক পাঙ্থোকখি। লূপ অসিগী ২৮ শুবা মীফম্না (খৃঃ কুঃ ১৯৯২, মার্চ ১৫) পুয়া/লাইরিক মরিখকপু ঈনাৎ লাইনীংগী ওইবা অশেংবা পুয়া/লাইরিক হায়না খনগৎখি। পুয়া লাইরিক মরি অদুদি — ১) ইরেং পুৱারী (অশীন-অরাংঙ লূপ'না পুখৎলকপা) ২) সকোক থিরেল (থম্বীরম্বা— লাইনিং হল নাউরিয়া ফুলো) প্রোঃ সাইরেম নীলবীরনা পুখৎলকপা) ৩) ৱা কোক লোল থিলেল সলাই অমাইলোল পুকোক ( প্রোঃ লাংপোক্লাকপম ভাগ্যচন্দ্রনা পুখৎলকপা) ৪) ৱাফোংলোনা হিলেল থিলেল সলাই অমাইলোল পুকোক ('মান্নবা অপুনবা মরূপ'

শগোলবন-না পুখৎপকপা) পারম পুরমচৎকী ওইবা লাইনীংগী অশেংবা পুয়া/লাইরিক পুথোকপা ঙমখিবা অসিমক্তি 'মৈতৈ/মীতৈগী অশেংবা পুয়া/লাইরিক খনগৎপা লূপ'কী হনবা লৈত্রবা হোৎনজমনগী মহৈনি।

**ঝারোই ঃ** হয়ি চক্কী কাংব নিংথৌগী হাক্তক্তগী খৃঃ কুঃ ২০০০ হৌরকপা ফাওবা হায়বদি খৃস্তগী চহীচা ২০ শুবা ফাওবা চহী ৫০০০ (লীশীং মঙা রোম চূপ্পা চেনথরকলিবা অৱা নুংঙাই কয়া মায়য়োক্নরক্কবা সনামহী লাইনীংগী হৌরকপা অমসুং চাউখৎলকপগী পুৱারীগী ঈচেল হৌজিকসু তপ্পা তপ্পা অরেপ্পা লৈতনা চেনথরি। ঙসিমক পাঙ্‌থোক্লিবা খন্ন-নৈন চে পাথোকপগী থৌরম (সেমিনার) অসিমক লাইনীং অসিগী চাওখৎ ঈচেলগী মনুং চক্লি হায়না অয়ীবনা লৌজে। মতাং অসিদা 'সনামহী লাইনীং হৌরকপা অমসুং চাউখৎলকপা' হায়না মিংথোনবা খন্ন-নৈন চে অসি ইব লোইশিল্লে ।।

**সাইরেম নীলবীর**
২/৩/২০০০

# সনামহী লাইনীং-চংপা মীওই অমনা চংকদবা অমদি তৌগদবা থবকশিং

পুথোকচবা য়ুম্নাম-চা বুদ্ধিচন্দ্র
পিশুমথোং

**নোংমগী তৌগদবাঃ**

"সনামহী নীংবা" লাইনীং লীচৎ অসি চৎলবা মী অমনা নোংমগী খ্বায়দগী হান্না তৌগদবা মথৌদিঃ অহিং তুম্লুবদগী মিৎকপ থোক্লকপদা; তেংবানবা মপু সিদবা ইমা লৈমরেল সিদবীগী মিংখৈ মিংলেল সোনগনি অমসুং নীংশিংগনি। তপ্না হৌগৎতুনা ফমুংদা ঙাইহাক ফমগনি। মতম অসিদা, তুম্লুবগী শম-না ফারম্বা শীৎথ-নানথগনি অমসুং খ্বাঙশেৎ ফি কোম্বনচিংবা সেমজিন সাজিনগনি।

মথংদা অহিং তুম্লুবগী নুংবঙনরুববু, ফমুংদা ঙাইহাক ফমদুনা ব্রাখল-লৌশিং তারবা মতমদা, লৈপাক্তা খোঙ থাংথদ্রিঙৈদা; লৈমায়দা খূৎনা নম্লগা লাইপাক্তা কৎকনি। মথংদা নিংশা কদোমদা লৈবগে য়েংগনি। নাতোন হোবা নাকলগী খোঙ হান্না থাংগনি। (য়েৎ-ওই অহান-অকোনগী অপনবা থোইনা লৈতে। শাফম লানফমগুম্বা অচৌবা থবক্কী মতমদদি, নুপাগীনা য়েৎ নুপীগীনা ওইদা লৈবা মতমদা খোঙ থাংবগী চৎনবীসু লৈ।) মতম পুম্নমক্তা নাতোন ফুনবা নাকনগী খোঙ হান্না থাংবা য়াদে; অহোবা নাকনগী হান্না থাংগনি। অহানবা খোঙথাং বদা নিংশা চিংশিনবদা থাংগনি, হোন্দোকপদা থাংবা য়াদে। য়েৎকী খোঙ থাংবদা তেংবানবা মপুগী মিংখৈ "হয়ি" হায়না শোনগনি; ওইগী খোঙ থাংবদা, তেং বানবগী মমা পক্লেম সিদবীগী মিংখৈ "হয়া" হায়না শোনগনি। অহিং তুম্লুবদগী

হৌগৎতুনা কুমথরগা, অহানবা খোঙ থাংদুনা চৎপবু; মী অদুগী নোংমগী খোঙহৌ লমশানবা কৌই। চৎনরোন অসি নূপা নূপী অনিমক চপ মান্নে।

ইমুংদগী মপান য়ৌরগা, কোইরৌ অতিংঙা সিদববু খূৎ লোন্নদুনা খুরুমগনি। মতুংদা চীন-য়া অমসুং হকচাং শেংদোক্কনি। ৱাইশীৎ ৱাইশেং লোইরগা, য়ুমগী মচীন মফম চাবদা; হে-লৈ ঈশিং অথনবা অমসুং খাম্বী মৈরা ওক্কুনা নৌনা খেনচোংলক্লিবা, মঙাঙ পুঙলূপ পুবা কোরৌ নুমিৎপু খুরুমজগনি। মসি লোইরগা মী মাহাক অদুগী মশিন শিনথাসিং পায়গনি।

অয়ুক্কী নুমিৎয়ুংবা মতমদা মী মাহাক অদুনা পায়রল্লিবা শিনথা অদু থাদোক্কুনা; লূৱাং পুঙলূপ পুরিবা কোরৌ নুমিৎ লূৱাং সিদববু খুরুমদুনা শিনথা ঙাইহাক লেপকনি। মতুংদা মশাগী শিনথা পায়গনি।

নুমিদাং য়াচঙবদা, নুমিৎ মঙান্না মাঙখ্রবা অমম্বনা কূপশিল্লকপা মতমদা; মী মাহাক্না পায়রম্বা থবকসিং থাদোক্কুনা, খুমন সিদববু খুরুম্‌জগনি। য়ুমদা লৈবাসিং গীনা হে লৈ কৎতুনা মৈরা ওক্কুনা খুমন সিদববু খুরুমজগনি। মতুংদা নুমিৎদাংগী শিনথা পায়গনি। নুমিদাংগী থবক থৌরম পুম্নমক লোইরগা তূল্লমদাইদা; ইমুং পুম্বা লোইশিন খমজিগনি, শীচিন শেংজিনগনি চাইহৈদে। শিৎ শেংবা লোইরগা, সনা মহী লাইনিংথৌ সিদবা ইমা লৈমরেল সিদবীবু মৈরা ওক্কুনা খুরুম্লগা খোম্লেল তূমখুন তানগনি।

হিরম অসিদা "ইমোইনু অহোঙবীগী তুঙনফম" কৌবা লাইরিক্তা অসুম্না ইরি। ইমোইনু অহোঙবীগী তুঙনফম তরেৎসুবা খূৎনম লাঃ চৱ,চচ।

"হে লাইনিংথৌ ইবুংঙো তাবিও। নমু তায়বং মীওইবশিংনা নোংলেল অয়ুক য়াকৈরকপদা, কাংথোন পাবনথক্তা তাংজ শমলাং ফম্না "হরি মিংলেল" শোল্লবা। অহিং খোম্লেল তূমখুল্লুবগী তাংজ শমলাং ফারম্ববু শীৎনা নান্না খোমজিল্লবা, খ্বাংশেৎ চরৈ নানথোকপবু, চরৈ ফিজি খোম্না খ্বাংশেৎ ফিরৈ লাক্লবা। অহিং মিৎয়েং নাওশুমলুবগী পায়মা পুক্লিঙ নুংবুলুববু ৱাখল লৌশিং তানা, নিংশা চনীং য়ৌনা হন্দোক হনজিন শান্নরবগা; ৱাখল লৌশিং চেৎনা ফাজিল্লবা; মালেম লৈমায় অতেম্বদা শমু খোঙনা নেৎতরিঙৈ; খূৎশা মোইফাংতোন্না মালেম লৈমায় শোক্লবগা; শমু ইহকচাংগী লাইবক খেললাইথোংবু শোক্লা ইমা লৈশীরেল লৈপুনবী মালেম

লৈমা সিদবীবু খুরুমজরগা, কাংথোন পাবনথক্তগী কুমথরবা। শমু নাতোন অনিমক্কী নিংশা লৈবা মায়কৈ য়েংনা, উনবী নিংশা চিংশিল্লবগা; নাতোন হোবা মায়কৈরমগী খোঙনা হান্না থাংনা "হয়ি" মিংলেল শোন্না খোঙব্বায়রবা; মাঙ্গোন খেনজোংলাং বু য়ৌরবগা কোরৌ অঙানববু পুরুমজরবদি, য়াইফ মহৈ ফংজৈএ। ...

... নোংলেল অয়ুক য়াকৈরকপদা খোংবা মমঙ পঙলেলবু, ব্বাইশিৎ ব্বাইশেং লোইরবগা মহকচাংবু চীনফূ মায়তারগা; অয়ুক পুঙজা পূবা খোয়ুম মঙাং শিদবা নৌনা খেনজোংলকপা নুমিৎপু; লাইজ ঈশেং অথনবগা হৈরাং লৈরাং কৎনা, খাম্বী মৈত্রেং ওকচরবা। চীংউ থৌরম লোইরবগা, মশিল শিনথা পায়না; তায়বং পুন্সি লমদাংসাংবু, পুন্সি পনথুং তালবশিংদি, তায়বং লীচৎ খঙবা নমু মীপোক য়াইফবও কৌএ।

কৌরৌনা কোক্কোন খাল্লকপদা, মশিল শিলসু খূৎথাদুনা, হৈরাং লৈরাং কৎনা, খাম্বী মৈত্রেং ওক্লা, চীউ লূব্বাং সিদববু পুনেমজরবা। কোরৌনা ইনুং-তান অমম লৈখৈ-চন নুমিদাং ইনুং য়াচঙবদা; নোংথিল চুপ্পা চাইরম্বা; মোংবা ময়ুম শঙমায়াইবু, ব্বাইশীৎ ব্বাইশেং লোইরবগা। হৈরাং লৈরাং পুঙমশেম, খাম্বী মৈত্রেং ওক্লা, খোইয়ুম খুমন সিদববু পুরুমজরবগা। হয়ি মিংলেল শোন্না ঙাইহাক পুঙ্গোয় পোৎথারবগা; নুমিদাং শিলসু পায়জরবসিংদি; লাইবক খেল্লাই ফববু তানফংজৈএ। ...

হে থংলেল ইশাবী তাবিও! মোংবা য়ুম্লেল কাজাওনুংগী ফুঙ্গা মকোক চাওহৈদে। চীংউ শিদবা অহুম্না, ফুঙ্গা নুঙদুম সানা মোংবা য়ুম্লেল পুরিবা চীংউ ফানখোঙ অহুম্বু; শমু খোঙনা শোকহৈদে কান্না শম্না চৎহৈদে। লীচৎ অশি খঙনা ফুঙ্গা মৈরা হৌরগা তরা চেঙজেন হৈনা, খাম্বী মৈবু লাৎচরবসিংদি। তায়বং পুন্সি লমদাং শাংনা; নুংঙাই য়াইফববু ললকুবীরমএ। লম্লেল ফুঙ্গা লাইরুদি; ইমোইনু ঐগী ইফন্নি। তরেৎ শেলফূ লিংফন্নি লম্লেমা ঐবু ইরাৎনফন্নি। কান্না শম্না চৎহৈদে। লমচৎ অসি খঙনা কোরৌ নোংজা খুদিংদা, তরা ফূহৌবা লোইরবগা। মথেল লূক্কোয় শেম, তরা চদুম কৎনা অহোঙবী ঐবু লাৎচরবদি; অব্বাৎ-অপা নাইদববু লেপ্না থৌজাল ললকুবীরমএ।

নুমিদাং থৌরম লোইরবগা, মোংবা ময়ুম য়ুমজাওবু শীৎচিন শেংজিন

লোইশিল্লবগা। মোংবা ময়ুম য়ুমজাওলেগী সনথোঙ পুঙমায় লেপ্পা লাইনিংথৌ; কাজাওয়াবী লৈমরেলবু খুরুমজরবগা। কাংথোন পাবনথক্তা কানা, হয়ি মিলেল শোন্না খোল্লেল তুমখুন তানজরবদি; নুংঙাই য়াইফববু ললকুবীরমএ।

অসুন্না নুমিৎ খুদিংগী ওইনা পাংথোক্কদবা অমসুং লোনচৎ শাজৎসিং, ইমোইনু অহোঙবীগী তুঙনফম কৌবা লাইরিক্ত ইরি।

**য়ুম অমা লিংদুনা লৈরবা, সনমহী নীংবা ইমুং অমনা নোংমগী শোয়দনা তৌগদবা হৈকৎ লৈকৎ তমগদবা লাইফম মরি লৈ। লাইফমশিং অদুদি — সনামহী লাইনিংথৌ, লৈমরেল, ইমোইনু, অমসুং য়ুম অদুগী উরেপ নিংথৌ (যত্রা) নি। য়ুম অমা লিংলবদা, মফম মরি অসিনা খ্বায়দগী মরুওইবা লাইফমনি।**

য়ুমগী ইমুং মনুংগী ওইবা লাইগী থৌরম অমসুং হৈকৎ লৈকৎশিং অসি, অয়াম্বনা নূপী ওইবীশিংনা মপুঙ ওইনা তৌনৈ। তৌইগুম্বসুং লম্বেল অসি নূপা নূপী চপ মান্নৈ, অমনা হেক্তা পাঙথোকপা য়াই।

**চয়োনগী থৌরমঃ**

লাইনিঙ লীচৎ অসিগীওইনদি, চয়োনগী ওইনা সোয়দনা পাঙথোক্কদবা; অকক্নবা অরেপ্পা থৌরম লৈবদি থেংনদে। মী মশা মশাগী অপাম্বা মতুং ইন্না তৌজবনা অমনি। মদু লীচৎ অসিগী অপুনবা য়ুমফমদি নৎতে। খুদম ওইনা হায়রবদা; কনাগুম্বনা মপোক নুমিৎ খুদিংগী চরাহেনবা য়াওই। অদুবু মদু লীচৎ অসিগী অপুনবগী মথৌদি ওইদে।

তৌফম থোকপা অকক্নবমক লৈত্রবসু; লাইনিঙ লীচৎ অসিগী ওইনা খঙদবা য়াদ্রবা হিরম কয়ামুক লৈ। হিরমশিং অদুদি — চয়োন খুদিংগী অমুক্তি শোয়দনা থোক্লিবা মপোক নুমিৎ হায়বসিদা; থৌরম পাঙথোকপদা ফবা অমসুং ফত্তবা লম্বেল অনি লৈ। মদুদি 'মশাগী অৱা অনা কোক্নবা নুংঙাই য়াইফগীদমক লাইদা থৌনিবগীদি; মপোক নুমিৎতা থৌনিবনা ফৈ। য়াদবা শোয়দনা ঙাক্কদবা লম্বীনা, মপোক নুমিৎতা নূপা-নূপী ফমদিন্নবা য়াদে। ফমদিন্নদুনা মরূ হুনখিবা থোক্লবদি; মরূ অদুনা তায়বংপান ফাওরবদা মপোক নুমিৎ থোক্লিবা মপা নৎত্রগা মমা অদু সি। মরম অসি লৈবদগীনি, মপোক নুমিৎতা লুহোঙনদ্রিবসি। **মরম অসিনা, চয়োন খুদিংগী অমুক্তি শোয়দনা থোক্লিবা মপোক নুমিৎতা নূপা-নূপী**

**ফমদিন্নরোইদবনি শোয়দনা ঙাক্কদবনি।**

## থাগী ওইবা থৌরম ঃ

থা অমগী মনুংদা নৎত্রগা থা-থাগী ওইনা লাইনিঙ লীচৎ অসিগী শোয়দনা তৌগদবা অমসুং ঙাক্কদবা মথৌদি; নূপী ওইবীশিংনা ফিরোন শেৎলিঙৈ হায়বদি থাগী লৈশাৎ তন্নিঙৈ; নুমিৎ মঙানিদি, নূপীনা চাকখুম চঙফরোই অমসুং নূপাগা ফমদিন্নফরোই। ঙাকপা ঙমদদুনা ফমদিন্নরবদি, নূপী ওইবীশিংগী ফৎতবা অমাঙবা ওই। করিগুম্বা মরূ হূনখিবা থোক্লবসু মপুঙ ফারোই অরেম্বদা মাঙখিগনি। মাঙদদুনা তায়বংপান ফাওরক্লবসু; মপুঙ ফাদবা মওং চাদবা ওইরক্কনি। মরম অসি লৈবনা, সনামহী নীংবা লাইনীং লীচৎনা চৎনরোন অসি ঙাকলিবনি।

নূপীগী ফিশেংনোং হায়বদি তরুক্নি সুবদগী চীন্দিন ফমদিন্নবা য়ারে। হিরম অসি "সনামহী লাইগুই অমসুং খাগেম্বা লাংচৈনচিংবা লাইরিকশিংদা" য়াওরি। নূপা-নূপী চীঙ্লোক চীন্দিন্নবগী লম্বেন অসিদ, অহুন লমন অখঙ অহৈসিংদগী পাওতাক লৌগদবা চাওরবা পন্দুপ অমা লৈখ্রে। মীফম অসিদা নৈনবদা নাতৈ চানদ্রবনা থুপচিনজরগে।

থা খুদিংগী নৎত্রবা থা থাগী ওইনা পাঙথোক্কদবা অমসুং মথক্কী অসি নৎতনা ঙাক্কদবা অকক্লবা থবক থৌরম অমতা; লীচৎ অসিগী ওইনদি লৈতে। লৈকায়, খুল অমসুং লূপ লূপকী ওইনা পাঙথোক্লবা থবক থৌরম কয়াদি লৈ। অদুবু মদু লীচৎ অসিগী য়ুমফম ওইবা অকক্লবা থৌরমদি নৎতে।

## চহীগী ওইবা থৌরমশিং ঃ

সনামহী লাইনিঙ চৎপা মীওইসিংনা য়ুম অমা লিংদুনা পাল্লবদা; শোয়দনা তৌগদবা অমসুং ঙাক্কদবা থৌরমসিদি — য়ুম অদুগী সনথোঙ পাংবদা হায়বদি নোংচুপকা খাগা তাইনফম চিথেক কাচিন্দা লাইনিংথৌ সনামহীগী খুফম থম্বা, কাসিং অদুগী ময়ায় থংবা কাগী ময়ায়দা, ওইরম থংবা ফক্লাং ময়াদা লৈমরেল সিদবীগী খুফম থম্বা; কা অদুমক্কী ময়ায়দা, য়ুমগী য়াংলেল মপা চানা; মৈফম লিং বা অমসুং ইমোইনুগী খুফম থম্বা; য়ুম অদুগী উরেপনিংথৌ (যত্রা) হায়রিবা মফম মরি অসিদা, মাগী মাগী ইরাৎ থৌনি হৈকৎ লৈকাকৎ থম্বা হায়বদি লীচৎ

অসিগী, মাগী মাগী ঈরাৎ থৌনি হৈকৎ লৈকৎ তম্বা হায়বসি লীচৎ অসিগী ওইনদি অকক্লবা মথৌনি। মফম অসি অসিদি নুমিৎত খুংদিং পাঙথোক্কদবা থৌরমন্নি।

লীচৎ অসিগী ওইনা চহী অমগী অহানবা পাঙথোক্কদবা থৌরমদি— চহীগী অহানবা থা অমসুং অহানবা নুমিৎ, শচিফূ থাগী নোংমা পানবা নুমিৎ অসিনি। নুমিৎ অসিগী অয়ুক্তা; নহান মমাঙগী লমতা থাগী থাঙজ অহানবদা শরোয় খাঙখিবা অদুগী অৱায় অখুম ওইনা শরোয় খাঙগনি।

লীচৎ অসি চৎলিবা মীওই কাংলুপনা; শচিফূ থাদা চৈরাওবা হায়বসি; পারোন পুরোন মথং মথং চৎনরকপা মতুং ইন্না হৌজিক্কী মীরোন্নসু ঙাক্কদবনি।

তৌইগুম্বসুং করম্বা নুমিৎতা চৈরাওগদগে হায়বগী মতাংদদি চনৈনবা খরা থোক্লে। মদুদি লীচৎ অসি চৎলিবা মীওই কাংলুপকী মনুংদা খরনা থা অসিগী নোংমা পানবদা চৈরাওবগী থৌরম পাঙথোকই। খরনা অকক্লবা নুমিৎ থাবান লৈতনা, ময়াংগী "চরক পূজা নুমিৎ, কেলেণ্ডর ইয়ারগী এপ্রিল তারিখ ১৩/১৪ দা পাঙথোকই। খরা অমনা ৱাকচীং থাদা চৈরাওবসু য়াওরি। অসুন্না মান্নদবা চনৈনবা খরলৈ। **অয়াম্বনা মপুঙ ওইনা চৈরাওরিবদি, নোংমা পানবা অসিনি**। মসিগী অচুম অরানগী মরমদি, ঙসিগী নৈনরিবা মীফম অসিদা নৈননবগী মফম থমদবনা নৈনবসিদা হিরম অসি য়াওজদ্রে। নৈনজরিবা ঐনা ফংজবা অমসুং খঙজবা মতুংইন্না; শচিফোয় থাগী নোংমা পানবদা চৈরাওবা হায়বসি লৌখৎতুনা নৈনজরি।

থা থাগী ওইনা থৌরম পাঙথোক্কদবা তাকপা পূয়া লাইরিক "থালোয়-নোংখায়লোন, থালোন, খুনুং লীচৎ শাজৎ, অমসুং মৈতৈ থৌনি লীচৎ" হায়রিবা লাইরিকসিং অসিদা ইরি। মদুদি -- লোইদাম চীনবী শচীফোয় থা-ও কৌবদি কৈদৌনোংগীনো? চীংউ মপুরেল খোইয়ুম সিদবা; লাই মরু সিদবা মালেম লৈওইবনা, য়াংবী সিদবগী চীরেল লাংয়েন মাপনমাগী অচিনবদগী; মচী ময়া মতু মমান ফোয়থোক্লে হায়বগীবু, লোইদাম চীনবী শাচীফোয় থা-ও তৌনা কৌএ।

লোইদাম চীনবী শাচীফোয় থা; শাচী শায়া কেল্লুববু, মতু মমান কোক্লুববু; চীরেল অমরক হুনবা-থা, মতু অমুরক হৌবা থানে। কোংবা লৈথোঙ-ফাৎ শাচীফোয়

লৈখুন ফুন, মানতা শরীক খীং; হেপু খমনপা লৈমাপা, অতোং অরেংপা, ঙানতু কুপথন-থন ... কোংবা লৈথোঙ-ফাৎলে, শাচীফোয় লৈখুন ফুন্নে, কুমগী লাকয়েল তাইএ। শারোয় খাঙদুনা চীলমু লাইমু তানএ। চৈরাওবা নুমিৎকী নুমিদাংবাইরমদা; য়ুমগী অহন্না, হামোক য়াইঙাঙ চেঙ চগেম তোৎতুনা ইমুং মনুংদগী হৌনা চেঙ চগেম অদু চাই চাইনা; তীলমু লাইমু ফৎতবা খৈবীকপু তানথোক্লকপনা, ইং খোলগী মনীংদগী, ইংখোল শীনবা থুংনা চাইদুনা থোঙগান বাংমা লান্না তীলমু লাইমু তানথোকই।

মথক্কী লাইরিকসিং অসিনসু তাক্লে। ঙন্নিঙৈ মতমদগী পারোন পুরোন কয়ানা; শাচীফু নোংমা পানবদা চৈরাওবা চৎনরকই হায়বসি।

বাকচীং থাগী তরানিথোইনি পানবদা, ইমোইনু ঈরাৎ থৌনি তৌগনি।

লমতা থাগী অহানবা থাঙজদা শরোয় খাঙগনি। **চহী অমগী মনুংদা; চৈরাওবা, ইমোইনু লাৎপা, শরোয় খাঙবা থৌরম অহুম অসিদি; লাইনীং লীচৎ অসি চৎলিবা য়ুম্বুম খুদিং অমসুং মীপুম খুদিংনা তৌগদবা থৌরম্নি।**

লাইনীং লীচৎ অসি চৎলিবা য়ুম্বুম খুদিং অমসুং মীপুম খুদিংমক্কীদি ওইদবা; লীচৎ অসিগী মনাৎতি ওইবা; লৈকাইগী, খুলগংগী, লূপকী নিংথৌগী ওইনা পাঙথোকপা থৌরম কয়ামুকসু লৈরি। মদুদি — কালেল থাগী তরামঙানি পানবদা, লাইনিংথৌ নোংশাবা অমসুং লাইনিংথৌ সনামহী চেঙহৈবা; ইঙা থাগী তরামঙানি পানবদা লাইনিংথৌ পাখঙবা চেঙহোঙবা; মেরা থাদা চাওরেল হৌবা মেরা মেনতোংবা অসিনচিংবা থৌরম কয়ামুক লৈখ্রে। অদুবু মাখোয়সিং অসি, লাইনীং লীচৎ অসি চৎলিবা য়ুম্বুম খুদিং মীপুম খুদিংমক্কদি ওইদে।

**পুক্সিগী থৌরমসিং ঃ**

অঙাঙ পোকপগীদি, পোকপা তরুক্লিসুবদা ঈপান থাগনি। ঈপান থারিবা নুমিৎ অসি; নাওবা অদু "মরূ হুনখিবা" নুমিৎনি। বাফম অসি অমাইরোনগী য়াম্না মরু ওইবা নুমিৎনি। তরানিথোইনিদা য়ুমশেংগনি। য়ুম মাংলিঙৈ মনুংদা, ইমুং অদুগী নুমিৎ খুদিংগী পাঙথোকপা লাইগী থৌরমশিং অমসুং পোক্লক্লিবা নাওবা অদুগী অকরুবা থৌরমসিং নৎতনা; নুমিৎ খুদিংগী পাঙথোকপা নৎতবা অখন্নবা

লাইগী থৌরম অমতা পাঙথোকপা চৎনদে।

নূপীনা থা মঙা সুবদা, নূপানা থা তরুক সুবদা চবুম্বীগনি।

**নাহুৎ নারেং ঃ**

নাহুৎ নারেংগীদি অকক্নবা মতম লৈতে। অঙাঙ অদুনা মশা মউ ফনা অনা অয়েক তৌদনা লৈবা অফবা নুমিৎ থা য়েংদুনা "মানা য়াৎপিগনি" হায়বদি নাহুৎ নারেং তম্বীগনি।

**লাইমিং লৌবা ঃ**

লীচৎ অসিগী ওইনদি, লাইনিং লৌবগী অকক্নবা মতম অমসুং মওং লৈতে। নূপীনা চহী তরামাথোই সুরকপদা; মমা অমা ওইনবগী মতীক ময়াই চেনবা হৌই। নূপানা চহী তরাহুমদোই সুরকপদা "মপা অমা ওইবা ঙম্নবা" মতীক ময়াই চেনবা হৌই। হায়রিবা মতম অসিদগী মপা মামানা পীবা য়াবা পাওতাক অহন লমন অখঙ অহৈশিংগী মনাক্তা ফমহন্দুনা; পুঙ্গিরোন অমসুং লাইনীংলোনগী ৱাখল লৌসিং তানসিনহনগনি।

**লূহোঙবা ঃ**

লীচৎ অসিগী ওইনদি, লূঙোবগী অকক্নবা চহী অমসুং মতম লৈতে। মশা মশাগী খুদোংচাবা মতুং ইন্না পাঙথোক্কনি। নাকন অনিমক্কী অহনসিংনা হায়ন শীং নদুনা য়ানরবদি; অহানবদা নাকন অনিগী অহন খর খরগা লোয়ননা ৱারোয়পোৎ পুদুনা য়ানবগী ৱারেপ লৌগনি। অহানবগী অসিফাওবদি, লাই অমসুং পুরোন পেনলোন তাকখিরোই। অনিশুবদা হৈজীং খরায় পুদুনা লাইদা থৌনিগনি অমসুং পুরোন পেনলোন তাক্লগনি। অহুম সুবদদি লূহোঙলগনি। লূহোঙবা নুমিৎতগী তরুক্নি সুবদা মপাম্না চাক্কৌবগী থৌরম পাঙথোক্কনি। চাক্কৌবা অসি তরুক্নিদগী ঙনখৎপা অমসুং থেঙথবসু য়াই। চাক্কৌদ্রিমখৈদি; লূহোঙখ্রিবা নূপী অদু মপামদা চঙনদে। চাক্কৌদ্রিঙৈদা মপামদা খুদোংথীবা থৌথোক ৱাথোক লাক্লবদা চঙবা য়াদবগী অপনবা লৈবনা; তঙায়ফদনা তরুক্নিদা কৌবা চৎনরকপনি।

য়েক, শলাই, শাইলূপ তিন্নবদি, লূহোঙবা অমসুং লৌন-লৈনবা য়াদে। ঙাকপা ঙমদদুনা লৌন-লৈনবা থোক্লবদি; মখোয় অদু লীচৎ অসিগী অপূনবা

খুল-নাইগী মপান্দা থমগনি অমসুং তোঙনা-তিন্নরোই।

**লাইনীংলোন ঃ**

সনামহী লাইনীং লীচৎ অসিগী **অকক্লবা অরেপ্পা,** হোংবা য়াদ্রবা **শক্তম** অমসুং য়ুমফমদি; **পল্লেম পনথৌ "ইপা ইমা অনিবু, লাই ওইনা নীংবনি।"**

ইপা ইমাবু ঐনা নুংশিজবা, ফহন্নীংবা, নুংঙাইহন্নীংবা ঐগী **ৱাখল থম্মোই** অদু; হৌবা অমসুং লোম্বা নাইদ্রবা **মপুগী মফমদা থমদুনা নীংবনা;** লীচৎ অসিগী লাইনীংগী য়ুমফম অমসুং লম্বেলনি।

তেংবানবগী মপা মমা অনিনা তেংবানবা অসি **পুথোকলকপনি,** মাদুগী মনুংদা; তেংবানবগী মপা মমা অনিগী পূনশিল্লবা মতীক ময়াইনা পনথৌ **পল্লেম** ওইরকপনি। পনথৌ পল্লেম অনিগী পূনশিল্লবা মতীক ময়াইনা ঐ ওইদুনা তায়বঙপান্দা লৈরিবনি। **"ঐগা খ্বায়দগী নকশিন্নবা তেংবানবা মপুগী মরী অসি, ইপা ইমা অনি অসিনি। লম্বেল অসিনা লাইনীং লীচৎ অসিগী য়ুমফন্নি"**।

লাই নীংবগী মওংদি, লীচৎ অসি চৎলিবা মীপুম খুদিংমক্কী চপ মান্নগদবা; মফম, মতম, য়াহীপ, ফমফম, চাকচা, অসি তৌগদবনি হায়বা **অরেপ্পা অকক্লবা** মওং লৈতে।

হীরী কোন্দুনা নীংবা, মপুগী মিংখৈ হায়দুনা শক-শোন্দুনা নীংবা, ইচম চম্না ফমদুনা পুক্নীং থম্মোয়না মপুবু নীংশিংদুনা খুরুমজবা, মশাগী মরন্নাইগী কান্নবা অমসুং খুদোংচাবা লৌনবগী ৱাখল য়াওদনা; অচুম্বা অফবা, পুন্নক্কী য়াইফন্নবদা; কৎথোকপগা লোয়ননা থবক তৌবনা মশাগী লাইনীং ওইবা অসিনচিংবা মখল মওং কয়াগী লাইনীং লৈ। মরম অসিনা, **মী মাহাক অদুগী ঙমজগদবা খুদোং চাগদবা অপাম্বা মতুংইন্না লাই নীংগনি।**

অঙাঙনা, পোকপদগী মথং মথং চাওখৎলক্তুনা ফম্বা হৈরকই। মথংদা সন সাবা হৈরকই। সন সারম্বদগী লেপখৎতুনা মখোঙ থাংদুনা চৎপা হৈরকপবু; লীচৎ অসিগী ওইনদি, মীওইবনা মথৌ তৌবা হৌরকপা ওইনা লৌই। মতম অসিদগী লাইনীং লম্বী অমসুং মীওইবগী মথৌ, তাকপী তম্বীবা হৌই। মদুদি - - আঙাঙবু মখোঙ থাংবা তম্বীদবা হৈ হা হায়না তম্বীরিবদুনি। হৈ = হয়ি হায়বদি

তেংবানবা মপুবুনি পনথৌ ইপাবু শোনবনি। হা = হয়া হায়বদি লৈমরেলবুনি পল্লেম ইমাবু শোনবনি। অসুম্না তাকপী তম্বীবা হৌবনি।

লাইমিং লৌবা অমসুং লুহোঙবগী মরমদা, থালোয়-নোংখায়লোন কৌবা লাইরিক্কা ইরি। মদুদি –

"থালোয়-নোংখায়লোন" লাঃ ৫৫ - পুন্সি ফল্লেন তানবা – নমু পোংবা-চা সিং না, চাওবা মপুঙ লাক, সাংবা মরেপ তাল্লক্লবদা। তনবা নূপা ওইবনা, লাংহৈ কুমশীং তরাহুমদোয় মপুঙ লেপ্পবগা। তাওজিংগুম মশিং পান, হৈরাঙগুম ময়াই চেল্লবনে। পনথৌ পাথাঙ সিনঙম্বা তনবা ময়াই ফাওরবনে। অদুনোংগীবু "পাখঙ-ও কৌএ।" মোম্লু নজা ওইবীগীন, লাংহৈ কুমশীং তরামাথোই মপুঙ লাক্লবগা। শীংলেলগুম লৈরীক-কা, লৈরাংগুম লৈহীপু, পল্লেম পীথাঙ সিনঙম্বা, অচীক অথম-নাই থাশি থানিল খায়না; শমু মালহৌ খোঙকাপ ব্বায়রবনে। অদুনোংগীবু লৈশাবী-ও কৌএ।

অসিনুংগীবু, নূপা নূপী খুদিংমা; মাগী মাগী চাহৈ মতাং অসিদা, পনথৌ পারেপ তান্নবা, পল্লেম পীরেপ ফংনবা কল্লাক কুরু-সুং, মিৎমৈ পৌরোন সুম্লবা অহ্ন নাক্তা ফম্না পুন্সি লমদাং থিঙৈনে। চাওবা মপুঙ-লেপ, সাংবা মরেপ ফারবগা। মরান লূহোঙ খোঙদোং তম্নৈএ। পারেপ পুরেপ তান, চারী শুরী তম্নঙৈনে হায়দবরা।

**অমন শীংকুল্লোন ঃ**

সিবগী থৌরমদা লীচৎ অসিগী ওইনা পাঙথোক্কদবা মওংদি; অখঙ অহৈ অমাইবা অমগী পাওতাক মখাদা, অরেপ্পা খঙলবা মতমদা; হকচাং অদু ইমুংদগী মপান্দা পুথোক্কনি। চৎকদবা লম্বীদি, য়ুমগী মাঙ্গোনগী ওইথং নাকন নাকথদা চৎকনি। নাকথাবু অথোক লম্বী কৌই। য়েৎ থংবা নাকন ফল্লেলবু অচঙ লম্বক্ত কৌই।

শুমাঙ য়ৌরগা, শুমাঙগী মৈরম পাংবা কাচিন ওইরপ্না লারোন অহুম থারগা হকচাং অদু লোংনা থমগনি। মতম অদুদা মিহুনগী খোঙচৎ খল্লবদি; অমাইনা খুৎ থাবা য়ারে। মতম অসিদা হকচাং অদু ঈরুদুনা শেংদোক্কনি। ঈরাৎ

থৌনি তৌবা অমাই লাইরমপুনা হৌনবী মতুং ইন্না ঈরাৎ থৌরম তৌগনি। মতুং দা হকচাং অদু কুদা হাপতুনা মংফম তান্না পুগনি। মংফম অদু শীংখন তরেৎ লোন্দুনা সেমগনি; চুক তরুক নাক-য়েৎ য়ুংদুনা শীংখন অদু ফাগনি। মংফম য়ৌরগা শীংপৈ অদুগী ময়ুং ইন্না য়েৎ থংবদা হকচাং অদু থমগনি। মতম অদুদা অমাই লাইরমপুনা ইরাৎ থৌরম তৌদুনা খম্নুং পাওতাকপা কাসা পাওহনবগী থৌরম লোইরগা মৈ কৌবা লাইবু লাৎতুনা হকচাং অদু মৈদা শিন্নগনি। খম্নুং পাওতাকপা পাওহনবা লোইরবা মতুংদা হকচাং অদু শীংপৈ মথক্তা থমগনি। অদুগা মৈদা শিন্নগদবনি। ঈরাৎ থৌরম লোইরগা; হকচাং অদুগা নক্লবা মীওইসিংনা মৈ কোয়গনি। অহুমলক নৎত্রগা মঙারক নৎত্রগা তরেৎলক কোয়রগা; হকচাং অদুগী খ্বায়দগী নক্লবা হক থোকপা অমনা; হান্না শীংপৈ অদু মৈ চুগনি। মহাক্লা হুম্মাই পায়দুনা হুম্মমগনি। মতুংদা অতৈ ময়াম্না মতেং পাংদুনা চৎথবা য়ারে।

পোৎলোইবগী মতাং অসিদা, হকচাং অদুগী মায়ওন অমসুং মৈ কোয়বগী মওং অসি; মান্নদবা খেন্নবা খর লৈরে। হৌজিক ময়াম্না চৎনরিবসি; মংফম অদু খা-ৱাং ময়ুং ইন্না সেম্নৈ। হকচাং অদু কোক্লা অৱাং খোঙনা মখা ওন্না থম্নৈ। অদুগা থালোয়-নোংখায়লোন কৌবা লাইরিক্তনা, কোক্লা মখা খোঙনা অৱাং ওন্না থমগনি হায়রি। মতাং অসিদা, থালোয়-নোংখায়লোন্দা ইরিবা ৱাহৈ পরেং অসি, ৱাহনথোক অনি থোক্লা লৌবা য়াবা মওং লৈ। মদুদি – "মমায় নোংনেম পাংনা য়াতানত্রে।" ... কোক অৱাং ওন্না লোংনা হীপলবদি; হৌগৎলকপদা মায় মখা ওনগনি। অসুম্না ৱাহনথোক লৌরবদি কোক অৱাং ওনবদা কায়দে। কোক হায়দনা মায় হায়রম্বনিনা ৱাহনথোক অসি খর নৈননীংঙাই ওই।

মৈ কোয়বগী মতাংদনা থালোয় নোংখায়লোন্না হায়রিবসি নূপা সিবগী কোয়বগা নূপী সিবগী কোয়বগা মান্নদ্রে। হৌজিক ময়াম্না চৎনরিবনা, নূপাগীসু নূপীগীসু মশীং মান্ননা য়েৎওইননা হায়বদি, হকচাং অদু য়েৎতা থম্লগা কোয়বা চৎনরি। থালোয়-নোংখায়লোন্না হায়রিবনা; নূপাগীনা য়েৎওইননা মঙারক কোয়য়ে। নূপীগীনা ওই ওইননা তরুকলক কোয়য়ে হায়রি। মাদুদি মালোয়-নোংখায়লোন-- "তনপা নূপা ওইবগীনা, চুকখোঙ তরুকমাবু য়েৎওইননা মঙারক কোয়য়ে। মোম্নু নূজা ওইবীগীনা ওই ওইননা তরুক্লক কোয়য়ে। ... অসিনি। অসুম্না থৌরম থৌদৌ কয়াদা নূপা নূপী অনিগী খেন্নবা কয়া লৈরি। খূদম ওইনা অমতং পনলবদা;

অঙাঙ চবুম্বদা, নূপীনা থা মঙাদা নুপানা থা তরুক্তা চবুম্বা হৌজিকসু চৎনরি। অসুন্না থৌরম কয়াদা নুপা নুপীগী খেন্নবা কয়া য়াওরিবনা; থালোয়-নোংখায়লোন্না হায়রিবসি অচুম্বা ওইগনি হায়না লৌবদা; থোইনা চিংননীংঙাই ওইরোই হায়না নীংই।

হকচাং অদু উৎ ওল্লমদাইদা হকচাং খাইগনি। অদুগা লৈতাই নোংতাইগনি। লৈতাই নোংতাইরবা মতুংদা; হান্না মংফম সেম্বা মতমদা খনখিবা, চিথেক মরিদা অৱাংবা মখোঙ মরি য়ুংলগা মরী সাংনা পান্দুনা; শীংপৈ অদুগী মপা চপ চানা, মৈরীনা ফংবা ঙল্লবোইদবা চাংদা খল্লিবা থকখল অদু লৌথদুনা মৈ থাগনি। হকচাং অদু উৎ ওল্লগা পোৎলোইবগী থৌরম লোইশিনগনি। মংফম অদু সেম-সাবা লোইরবা মতুংদা; লৈখিদ্রিবা অদুগী মমিং মথা হায়দুনা য়াইফরোল লাওগনি। তীলমু লাইমু লাই ফৎতবসিং হেনজিল্লকপা ঙমদনবা; অখঙবা অমনা পল্লান্দবী লয়ি চিংদুনা থিংলমগনি। অদুগা য়াওরিবা ময়াম অদু মায় ওন্দুনা চৎকনি। মং লোমদা হন্না য়েংহৈদে।

নুমিৎ হুন্নি সুবদা, শুমাঙদা ঈশাইফু লাৎতুনা চাক য়েনসাং খর থোংলগা, চাকথা তমদুনা লাৎথোক্কনি। মঙানিদা খোইরুন্না মীতমদুনা মৈ থাদুনা উসিন্ থৌরম তৌগনি।

তরেৎনিদা পারোন পুরোন কৌথদুনা সিরে হায়বা পাও তাক্কনি।

তরানিদা য়ুম শেংগনি। তরামাথোইনিদা লান্না-থৌরম মতোন লোম্না পাঙথোক্কনি।

চহী অমা মপুঙ ফারগা; অচা অথক ফিরোয় ফিঙানম লোয়ননা ঈরাৎ থৌরম তৌদুনা লাইদা অমসুং মীয়ামদা কৎথোক্কনি; কুমওনা অসির্দা সিবগী থৌরম অরোইবা ওইগনি।

অমন শীংকুম থৌরমদা তৌগদবা মওং মতৌ ঈরাৎ থৌনিগী মরমদা থালোয়-নোংখায়লোন্দা ইরিবা ৱাহৈশিং অদুমক মখাগী অসিনি।

থালোয়-নোংখায়লোন লাঃ ৫৬

## "মথৌ য়াংকেলবা"

তায়বঙ নোংমাপানগী চীংউ নোংদমখোনবু মায়মৈ ৱাকনফমদনা; পুন্সি চেঙজেন লোম, চাকচা মহৈ অয়াম্বা নুংঙাই মরাং কায়ববু নমদা হুন্না; শজীকুম নীংনাতেনা থাবাগুম কাওনরৌগে হায়না। শমু হকচাংলেন্দা; লাংফম য়ুমথং-চা লাংপুন মাপন মানা; শমু হকচাং লীয়েৎনরবগা। হয়ো পল্লেম পীসোল্লা, লাইরেল পঙ্গৌ পাসোল্লা, হকচাং অচীক অথম চন্না অনা নাহেনোংগীবু। মোংবা য়ুম্লেলনুংদা, অমাই মনাওয়োক অমেৎ খূৎতম হৈবনা। লাইরী পান্দম খঙ, মিহুন খোঙহৌ লাক, হকচাং তোয়ায় খোম, খোইমোম লাইৱা সোন, হীদাক সিদববু মচান মচীক খঙ অনা হীদাক থানা; নমু লাইকন্নববু। খোইয়ুম মথৌজালবু লমজায়ফদনা অনা লাইকোকপা ঙমদরবগী অৱাং কোরৌ নোংগাখিরবদা। তায়বঙ অমন শীংগুমখিরবদা; পোইরৈ হৌনা মরমচৎ তৌগদবা মথৌদি –

মোংবা শঙগাই ময়ুম্লেলগী অৱাং চৎলম নাকথদা থোঙশানবনে। খম্মাঙ অথোক চৈশু পায়বনে। শুপমাঙ মখৌবোমগী, কারন মৈরম থংবদা, মপান লাইগা য়াথোকশঙদা। চংবী লাতোন থারবগা; লাতোন থক্তা মমায় নোংনেম পাংনা অমন য়াতানায়ে। অদুনোংগীবু তায়বঙ নমু পোংওইবনা অমন শীংকুম নোংদা; থৌৱায় য়াইবী শুপ্না মাঙখিয়ে হায়বগী মফম্বু শুপমাঙ কৌএ। থেলনা লোংনা তারে হায়বগী থেল্লোং কৌয়ে। মপান লাইগা য়াথোক শঙদা; ৱাংলেন পুঙগোয় খরা পোৎথারবগা। উৎতি সমখোঙ শেং, চেঙহী সম্বান লাংনা ঈরু সান্তেংলবগা। পামেন কূরেলথক্তা, চরৈ অহুম খাগা থা, চরৈ ফিঙৌ থোন্না মাক্লৌ লমথাং থক্তা-থোং, তরা চেঙজেল তম পোৎলোয় মশীংসুনা হাপএ।

কোন্তে নাকথংমাইনা পারী পুরী-থোক, শলাই লাইহুই হায় লাইরী লাইচৎ থিনা, মংলেন মংথোঙ হাংনা খম্লুং পাওতাকএ। কাসা পাওহল্লে, অমন সিমিল্লে। তরেৎ শেলফাং কাকুপ-য়ৈ, ৱাংলেন পুঙফূ-তোয়, লমায়িন খূৎনীক তাংথক-নাই অশৈ খোনফাং লেংনা তিন্না; য়ালৌ লমদাংসাং ৱাকয়ৈ হিরান লীরোন শক্লা য়াথোকএ।

মংলেল মংফম য়ৌরবগা। মালেম লৈরোন চন্না সিথিনবা নমু পোংলূপকিন্না। অচা অথক তরা চেঙজেন, তরেৎ শেনজা, ফিরোয় ফিঙাম, খূৎশু খূৎলাই পোৎলোয় মশীংসুনা হাপ্লবগা। মমায় নোংনেম পাংনা য়াতারে লৈপাক লৈকূপশী মালেম

লৈরোন চক্লে হৌসি মংচলএ।

খম্বী মৈদা ইক্লা, অমন সিথিনবা নমু পোংবাচাসিংগীনা। মংলেল মংফম য়ৌরবগা, পামেন শীংপৈথাক্তা মমায় নোংনেম পাংনা য়াতানবনে। মালেম পামেন শীংপৈথক্তা মমায় নোংনেম পাংনা য়াতানবনে। মালৈম লৈগা থানা, শীংখল তরেৎনা; মাক্লেম মানেম লৈরোন তরেৎ শক্লা শীংপৈ থোলএ। চুকখোঙ তরুক মার্দি শিমারিংবা, পীশাতাও, নোংশাতাওষ লৈশাতাও, লম্মাবা, তুমাবা তরুক কোয়এ। তনবা নুপা ওইবগীনা, ওইওইননা তরুক কোয়য়ে। পোৎলোই পোৎসেম লোইরবর্গা খাম্বী মৈদা ইক্লা অমন সিধিক্লে। পোৎলোই পোৎসেম চোইরবগা; খাম্বী মৈদা ইন্না অমন সিথিক্লে মথৌ মঙম থৌখল্লায়ে।

নুমিৎ শীংবুম হুন্নি সুরবদা; য়াইথোঙ নানম-শক, ৰাংলেল পুঙফূ-তোয়, শুপনাঙ থাবর্মলেলদা; ঈশাইফূ তৈনা-খিন্না; তরা চয়োম-থোক মথেল লূকমায় সেল্লবগা। তাইরেল মরোঙথানা নাহায় লীরোন শক্লা, ঈমু খীকফেন চাইনা, সিথিন থেক্লাৎনায়ে।

কোরৌ নুমিৎ মঙানি সুরবগা; মমাইবা কোন্তেনাকথংমাইনা। চেংলৌ শকপানথোং পুনুং লেপ্পানথোংবু; খোইরু মিতম লাক্লা, মৈনা ৰায়না তাংনা শল্লা, খানীং মিকোক্লে মথৌ য়াংকেক্লে। নমু পোং ওইবসিংদি, মশক অমা ওনখিবতনে হায়দরবা।

নুমিৎ শীংবুম তরেৎনি সুরবগা। পারী পুরী-থোক, য়েক্লোন লাইহুই থিনা; অৰাং থাংপং নোংনিংথৌদা থিনচিনখিয়ে হায়দবরা।

নুমিৎ শীংবুম তরানি সুরবগা। শাকৈ য়েল্লূপ পুন্না য়ুশেং নাহাইনয়ে। পক্লেম পীবুনুংদা লৈঙৈদিং হৌসি ঙমগাচিংনা সিথিনফদবনে। মথৌ য়াংগেল থৌখৈনদবনে। অদুনোংগীবু, পক্লেম পীবুক্লুংগী লোইদাম থাবুম তরাবু; নুমিৎ শীংবুম তরানিদা শুপ্পা লাক্লবগা। নুমিৎ শীংবুম তরামথোইনিদি মপানলাংদা লৈরবনে। অদুনোংগীবু কোরৌ নুমিৎ শীংবুম তরামাথোইনি সুরবগা। শুপমাঙ থাবল্লেলদা; হৈরাঙ পুঙমা-সেম, লৈরাং লৈহুন-তম, অথেল পোৎ পোৎলোয় মশীং সুনা থেল্লবগা। মমাইবা কোন্তেনাকথংমাইনা; পারী পুরী-থোক, শাগৈ য়েল্লূপ-থি, শালাই লাইহুই তক্লা; খন্নুং পাওতাকএ, কাসা পাওহনএ, অমন সিথিক্লে। অমাই মনাওয়োক্লা মংলেল মংথোঙথিংনা মথৌ য়াংগেক্লে। অশৈ ফল্লেলগী চীংউ লমপাওরাক্লা।

তরেৎ শেলফাং কাশুপ-থীং, কোরো নোংগা লীরোন মৈবু; অশৈ তেরা লাওনা খানীং মিকোন শরুয়ে। মওং মতৌ অসুন্না; পোইরৈ হৌনা মরমচৎ মথৌ য়াংগেল থৌবু থৌখন্নয়ে।

## কুমওন য়াংগেলবা (ফিরোয়)

লোইদাম থাবুম তরানিথোই সুরবগা, লাংহৈ কুমওল্লবদা। তরা মথেল লূক্কোয়-হৌ, শংলৌ য়েল্লাঙ চনম-ফূৎ। কৈরোয় খুল্লোয় ফম, শাগৈ য়েল্লুপ-তিন, অমাই লেংনা ফম। মমাইবা কোন্তে নাকথংমাইনা; পারী পুরী থি, পুরোন পেল্লোন-কৌ, শালাই মেল্লুপ-তাক, তরা লূক্কোয় কৎনা, তোক্কা লৈগা মেন্না খন্নুং মংথোঙ থিংএ, কাসা নোংথৌ তাইয়ে।

খন্নুং মংথোঙ-থিং, কাসা নোংথৌ তাইরবদা। অসি থৌরম মঙম লোইরে হায়বগীবু; ৱাংলেল পুঙফূবা, অশৈ পনমাবা, অমাই নোংনা তিনবসিংবু; ফিরোয় ফিঙাম থাইয়ে। অদুনোংগীবু মথৌ য়াংগেল খৈবা কুমওনবু, ফিরোয়-ও তৌনা কৌয়ে হায়দবরা। মথৌ য়াংগেল ঈরাৎ থেল্লৎ লোইরবদা। শাগৈ ঙাইরোয় পুন্নমা; তরা মথেল লূকমায় লেন্না য়োইচান্নয়ে। মওং মতৌ অসুন্না; খন্নুং শৱা-তান অমন শীংকুমখিরবগী, কোরৌ নোংগা থৌদি; পোইরৈ হৌনা মরমচৎতি, অসুন্না থৌখন্নায়ে হায়দবরা।

*(চেরোন অসিদা, "লীচৎ" হায়না শীজিন্নরিবা ৱাহৈ অসি; ইংরাজিগী "রেলিজন" অমসুং সঙস্কৃত্‌কী "ধর্ম্ম" হায়রিবা ৱাহৈ অদুবুনি।)*

**চৎকদবা লোনচৎ —**

১। লীচৎকী নাৎ ঙাক্তুনা মশাগী শক্তম তাক্কনি।

২। থকশী খাশী খঙগনি; লোনচৎ কারন্নফরোই।

৩। মীনমদবা পুন্সি অমা ওইগদবনি।

৪। ঈশাগী ইরানবু অতোপ্পদা থৈজিল্লোইদবনি।

৫। নাপন, ময়াইকাবা, ৱাঙাঙ কামজাও হুনবা, চীঞ্জাক কাংথং নাইদনবা মরি অসি; শমু তুংলম হুনগনি।

৬। মীরন পুক্কে থনববু, মতীক ময়াই হকপবু কল্লক-মিহৌ চাওফরোই।

৭। য়োংলৈ মীলৈ নাইফরোই; থৌৱায় য়াইবী খৈবীকপু অমতনি খঙগনি।

৮। ঈহক মীহক খঙগনি; ঐগী ওইবা ঈহকপু শমু ইনম মূকফরোই।

**৯। হিরম থৌরম খুদিংদা ঈশ্বাতগী খ্বনফরোই অপুনবগী খ্বনগনি।**

**১০। ৱায়েল কান্তিনা খুৎশু ওই, পুক্সি লানফম চঙগনি।**

**১১। নোম্লুক-হৈবনে, কৎথোক হৈবনে, থৌজাল হৈবনে, ঙাকপী হৈবনে, পেনবী হৈবনে; মাঙসিনা শাদোং ওই, পুক্সি ফম্লেল তানগনি।**

## লূৱাং পুন্সিবগী পাওতাক —

১। হাওনা চমফুৎ চা-ও, শেংনা ফদি শেৎ-ও; হৈশক খঙনা হৈচা-ও, লৈশক খঙনা লৈচিন-ও। চাদনা চাওবা ঈরুদনা শেংবা কৌয়ে।

২। শমু ঈহকচাংগী থোঙলোন মাপনমাবু, থোঙথিং থোঙহাং হৈ-ও, ঈরু, ঈশেং হৈ-ও। অসিদগী থোইবা হকচাং শাশেন অমা তৈনা লৈতে।

৩। মফম মতম অমদি চন্নফম খঙবদগী থোইবা; অখঙবা অমা অমুক লৈতরে।

৪। পাওতাক পীবা হৈবদগী, পাওতাক লৌবা হৈবনা; অহৈবা খৈবীক্তগী; অথোইবা অহৈবনি।

৫। মোংবা ময়ুম শঙলেলগী কাবুম খুদিং লৈরিবা চীংউ লাইফম খঙববু; হক্রোন খঙবা কৌবনি।

## মঙাঙ শীংতাপুঙগী পাওতাক —

১। নমু তায়বঙ মপোক্তি, খোইয়ুম লাইনমকসু তানফংদবনে। ৱারম অসি খঙববু, লাংৱোন খঙবা কৌবনে!

২। য়াইবী থৌৱায় ওইরিবা, লেপ্পা কাংবা নাইদনা, হোম্লিবা নিংসা অসিবু, হোন্দোক্লকপা নিংসানা কয়া শান্না চৎপগে; কাপশীং লমশীং মখঙই। চিংশিনখিবা নিংসাদি; কয়া লুনা চঙবগে কদাইৱাইদা থুংবগে; মীপুম তিংনা খঙঙমব্দদ। নিং সাগী লৈচঙ খঙববু; অমাই থিয়াথৌ অথৌবা কোলোয় মিংথোংনবনি।

৩। মশাগী লঙজ অয়োনবু, অসি তুজুংনদনা; হায়দোকপা ঙস্বা মহাক্তো; থৌনা ফবা লক্তগী, থৌনা ফবা অথোইবা, অথৌ লীচা হেপ্পনি।

৪। নশাগীদমক হিংগনু, লৈপাক্কীদমক হিংলকউ।

৫। হিংলিঙৈদা তমজহৌ মীওইবনা সিবদো! অপোক অসি অনিমক, হন্দোক হঞ্জিন ঙস্ববুব; চীংউ লাইতিন্নবা, চঙনা নোঙ্গাবা কৌবনি। অসিনোংগীদমকপু, "নমু তায়বঙ মপোকক্তি; খোইয়ুম লাইনমকসু তানফংদবনে" হায়বনি।

৬। নঙগী লৈজবা খৈবীক কৎথোক্লমউ; নশাগীদমক খাক্তনা! ফংগনি নঙনা, লোম্বা নাইদনা হিংবা পুক্নি অমা।

৭। কৎথোকপগী অরোইবা পনথুংদি; মশাফাওবা কৎথোকপা ঙম্বদুনি। মখোয়সিং অদুগী দমক্তনি নোংথৌ লৈপাক হায়রিবদো।

**য়ুমফম লাইহিরিকসিং—**

চনরোন অসি নৈনবদা চঙলিবা লাইরিকসিংদি, মখাদা উৎচরিবসিং অসিনি। তৌইগুম্বসুং চাওমনখিবা তাবনা; লাইরিকশিং অসিগী ৱাহৈ পরেংসিং অদুদি হাপচদ্রে।

১। ঈরেং পুৱারী ২। লৈথক লৈখারোন ৩। পুতিন ৪। মপুথিবা পুয়া ৫। খম্মোই য়াংমোই শেক্লীং ৬। থালোয়-নোংখায়লোন ৭। ঈমোইনু অঙোবীগী তুঙনফম ৮। সনামহী লাইহুই ৯। খাকেম্বা লাংচৈ ১০। অমাইরোন ১১। পোনপিলাং ১২। শীংতাপুঙ ১৩।। চৈথারোন কুম্বাবা ১৪। লাংলোন হায়রিবা লাইরিকশিং অসিগী মচাকসিংনি।

## নোঙ্লুকচবা

অরোইবা ওইনা পনজনীংবদি; মীওহ্বগী "লীচৎ" অমসুং চৎনরোন হায়বসি; ঐখোয় মীওইবনা শেম্বনি। মীওইবনা ৱাখল লৌসিং হেনগৎলকপা অমসুং চাওখলকপা মতুং ইন্না; চৎনরোনগী শক্তমসু মথং মথং হোংদুনা লাক্লি। হিরম অসিদা অইবনা খরদং উৎচরিবসি * মৈতৈনা হিন্দু ধর্ম্মা লৌদ্রিঙৈদী মমাঙ হায়বদি হৌজিক্তগী চহী চহুমগী মমাঙদা চৎনরম্বা শক্তম অদুনি।

খরদং উৎচরিবসিনা মপুঙ ফারে অমসুং পুন্নমক চুম্লে হায়বা ৱাখল লৈজদে। অফংবা অমসুং অখঙবা খরদং উৎচবনি। মপুঙ ফারবা অচুম্বা শক্তম অদু পুথোকপদি; হৌজিকমক্কী ওইনদি খর ৱানা থোকখিগনি। মরমদি মপুঙ ফানা ফজরবা লীক্লাং পরেং অমা; লংসুং থৎদৎতুনা নাপী শীংনা মরক্তা অমসুং নুঙগায় মরক্তা চাইথোক্তুনা হুন্দোকখ্রবা লীক অদু; হন্না হন্না লম্মৈ চাকখ্রবা, নোংজু নুংশা কয়ারক্লা লৈকূপ শীখ্রবা লীক মরূসিং অদু; চহী চহুমগী মতুং অসিদা থিদুনা, লীক মরূ মশীং ৱাৎহন্দনা মথং মনাও কায়হন্দনা লেংদুনা, হান্নগী লীক পরেং অদুমক ওইনা

মৈতৈ হায়না ইবিবসি, য়ুমফম ওইরিবা লাইবিকশিং অসিদা "মৈতৈ" হায়না ইরম্বনা; চেরোন অসিদা মৈতৈ হায়না ইজবনি।

পুথোকপা ঙমগদ্রা হায়বসিদা; নুংনাংবা অমসুং চিংনবা পোকচৈ। অদুম ওইনমক তরাগী চৈশুনা লেংথোং ফায় হায়বগুম; লীচৎ অসিবু নুংশিজবা মীয়াম্না থম্মোয় শেংনা, নীংহন্নদনা হোৎনমিন্নদুনা; তরু তরুবা শক্তম অদু পুথোকপা ঙম্লকখিগনি হায়না থাজবা থমজরি।

অরোইবদা পনজনীংবদি; লীচৎকী চৎনরোনগী শক্তম অসি, হৌজিক লৈরিবা শক্তম অসিদা লেপ্তুনা খক লৈরোই। কয়ারক হন্না হোংগ্রবনি অমসুং তুংদসু হোং লকখিগনি। খুদম ওইনা অমতং পল্লবদা; **শক্তম লেপ্তুনা লৈরবা, হোংবা লাইদ্রবা পোৎশক নৎত্রগা চৎনরোন অদু সিরবনি**। হিংলিবা পুন্নমকক্তি লেপ্পা নাইদনা শক্লোন হোংলক্কদবনি। মসিদা হোংলোইদৌরিব হায়ববু; **লীচৎ অদুগী য়াংলেন শরু অমসুং মথৌবায় ওইরিবা, পাওরৌ অমসুং পাওতাক অদুতনি**। পাওরৌ অমসুং পাওতাক্কী ৱাহৈ ৱাতাদি হোংখিবা য়াই। তৌইগুম্বসুং নুংগী ঈচেল অদুদি থৈখিবা য়ারোই।

**পল্লেম পনথৌনা য়াইফরে।**

# মালেমদা সনামহী লাইনীং শন্দোক্লবা পান্বে অমসুং থৌওং

ডাঃ হাওবম ইন্দ্রকুমার
থৌবাল কলেজ

**হৌদোক ঃ**

ঙসিদি মালেম অসি লাইনীং মকুপ মকুপ্পা হাই চাইরবা শান্নপূং অমা অসুম অসুম ওইরকপগুম উরে। লাইনীংগী অশেঙবা শক্তম অমসুং অচুম্বা হাহ্নথোক লৈরক্ত্রদুনা নুংঙাইথোকপা পান্বা অমসুং থিবা লোয়ননা লল থুমনা পীরীবা মহাও অদুগা ঈরোয়ননা হিংনবা চৎনরকপগী চৎনবী অমা শেল্লক্লী। মচেৎ মচেৎ তারবা খৃষ্টিয়ানিতি, শিয়া-শুনিগী য়েংথিনবা ইস্লাম, হিনায়ন অমসুং মহায়ন বুদ্ধিজমনা লৈপাক্কী লাইনীং ওইবা লমশিংগী হাথোক, হীন্দুইজমগী লাই কোতি কয়াগী নীংনবগী লীচৎশিং অমসুং অদুদা নত্তনা মশা মশানা লাইনি নৎত্রগা লাইগী শাওন্নি হায়জবা কয়াসু থোক্লক্তুনা মীয়ামদা চয়েৎনবা অমসুং চরাঙনবা থোকহল্লক্লি। খুদমশিং অসিনা খঙহল্লিবদি অতৈ করীসু নত্তে, মালেমদা লাইনীং পূম্নমক্না মরায় চায়থরকপগী ফিভমনি। মতম অসি য়ৌরকপদা মতম কুইনদগী (পামহৈবনা পান্বা মতম) হীন্দুইজমনা নমথদুনা থল্লক্লবা মীতৈইজমগী মনূংদা লাইনীং কাংঙলোল অমা ওইনা থোরক্লিবা সনামহী নীংবগী লীচৎ নৈনদুনা শন্দোকপগী খুদোংচাবা লম্বী থিবা মতম থিম্বহন্বা চুমদ্রে।

**সনামহী নীংজবা ঃ**

মীতৈইজমগী অপাকপা লাইনীং পাথাপ লোলগী মনূংদা সনামহী নীংবা অমসুং পাখঙপা নীংবা কাঙলোল অনী অসিনা মপূং ওই। অপোকপা নীংবা, ফুং কা নীংবা অমসুং উমংলাই নীংবা মওংশিং লৈ। সূপ্না য়েংলবদি মীতৈইজম অসি

অপোকপা নীংবগী লাইনীংনি। **অপোকপা নীংবা হায়বসি লাইনীং পূন্নমক্কী হৌরকফমনি।** কনাগুম্বা মীওইনা পোক্লরবা যিশু, বুদ্ধগুম্বা অমনা হৌদোক্লুনা মাগী মমীং লৌদুনা শন্দোকখীবা লাইনীংগা মীতৈইজমগা খেন্নবা খর উগনি। বুদ্ধিজমগা মান্নবদি লৈ। অপোকপা হায়বদি শিদবা মপুবু খঙনৈ। শিদবা হায়বদি অদুম লৈরম্লবা, লৈরীবা অমসুং লৈরগদবা অদুবুনি। অদুম্না অদুম লৈরম্লবা শিদবা মপুগী মশক, তীক-য়ায় অমসুং লৈ হায়বা খঙনবগীদমক্তা সনামহী ওই অমসুং পাখঙপানা শিদবা মপুগী য়াইপীলেল ওই। অসুম্না শিদবা মপুগী থৱায় অমসুং হকচাংগী তীক-য়ায় অমসুং শক তাক্লবগীদমক সনামহী অমসুং পাখঙ পা ওইনা ফোঙদোকই।

মালেমদা পাক শন্না শন্দোক্লরিবা লাইনীংশি অয়াম্বনা মীৎয়েং অনীখক্কী মখা পোন্না নৈনবদা হীরমশিগা মরী লৈননা খুদোংচাবা হেনগনি।

অহানবদা, মালেমগী লৈপাক অতৈদা খুন্দাদুনা লৈখ্রবা ফূরূপশিংদুনদা ফূরূপশিংদুগী ওইবা হৌরকফমগী লাইনীংশিং শন্দোকপা অমসুং মদুগী লাইনীং অদু মালেমগী খেন্নরিবা ফূরূপশিংগী অমত্তা ওইবা য়াবা চৎনলোল লৈতবনা মশা মশাগী ফুরূপ শিংদুতদা শন্দোকপগী হৈনবী ওইরকই।

অনীশুবদা, মালেমগী ওইবা মীওইবগী লীচৎ অমসুং লোলচৎতা য়ুমফম ওইবা মরমনা পাক-শন্না ফূরূপকী খেন্নবা লৈতনা লৈপাক পূন্নমকক্তা শিন-থুংনা শন্দোকপগী খুদোংচাবা হেন্না ফংবদগী মালেমগী ওইবা লাইনীং ওইরকই।

মথক্কী মীৎয়েং অনী অসিগী ফ্রেমৱর্কী মনূংদা য়েংলগা লাইনীং শন্দোকপগী নৈনলোল পুথোক্লবগীদমক্তা কূপ্না অমসুং মুন্না নৈনবা চঙই। অরুবা, লৌবদা চমন্নবা পোকপা পোৎশক নৎত্রগা ৱাখল্লোল অদু শন্দোকপদা লুনা থোক্কনি। ঙসিদি ইংলিশলোন্না মালেমগী ওইবা লোল অমা ওইরবনিনা লাইনীং অয়াম্বা লোল অসিদা নমথোক্লুনা ফোঙদোক্লরক্লি অমসুং শন্দোক্লরক্লি। মালেমদা পাক শন্না শন্দোক্লবগীদমক লোল অসিগী মতেঙ লৌবা তঙাইফদে। হেৱ্য়ু শিজিন্নরম্লবদি ঙসি ফাওবদা খৃষ্টিয়ানিতি মশক খঙলম্লোই। লাইনীংসু অসুন্না ঐখোয়গী ওইবা ৱাখল্লোলদা চাওখৎহন্বগী মথৌ তাই।

**লাইনীং শন্দোকপদা চঙগদবা মরূ ওইবা মচাকশিং ঃ**

হৌজিক্কী মতমদা লাইনীংনি হায়বা অমসুং মশানা মশাগী শন্দোক্লীবা

লীচৎশিং অদুগী লুচিংবনি হায়জবা মখল কয়া অমা থোক্লরক্লি। মশানা মশাবু লাইনি (ভগবান) নৎত্রগা লাইগী শাওন্নি হায়জবা কয়াসু থোরক্তবা নত্তে। লুচিং বশিংদুগী মাগী মাগী ৱাখল্লোল অমসুং পাথাপলোলগী মতুংইন্না লাইনীং শন্দোকই। লাইনীং অয়াম্বনা হৌজিক ওইরক্লীবা মতমগী ঈচেলগা হায়বদি লল থুমগী ঈরাঙ (মেতরিয়েল ভেল্যুজ) পাম্বগী পুক্লীংগা চাননা চুঙশিন্নরকই। মরম অসিদগী লাইনীং মখল অনীখক চাওরাক্লা থোক্লকই ঃ (১) ইনাকখুন্বা লাইনীং, অমসুং (২) লায়রবা লাইনীং। অরীবা মতমদদি লায়রবা ইনাকখুন্বা খায়রমদে। অয়াম্বনা অচম্বা খুন্নাইলোল ওইরম্বা অমসুং সন্দোক্লবগী পাম্বৈশিং থোইদোক্লা অরুবা ওইরমদে। ঙসিদি মতমদুগা শাথিনা খেন্নবা উরে। খলদা যুমফম ওইবা লাইনীং ওইরক্লে। লুপা লীশিং, লাখা, ক্রোর কয়ানা খুজিং ওইবা লাইনীংফম লাইশঙ মশীং থীঙমদনা শাগৎপা হেনগৎলক্লি। হান্না লাইশঙ লৈরমদবা মফম শিংদা লুপা খাওজাও থাদদুনা লাইশঙ কয়া শাগৎনরক্লি। মরুওইনা হীন্দুইজম, বৃদ্ধীজম, খৃষ্টিয়ানিতিগী মনুংদা থোকচরকপা লাইনীং কাঙলূপশিংনা অচৌবা লাইশঙশিং শাদুনা তিন্নফম খুন্দিন য়াকাপুং ওইনরি। ইসলামিজম শন্দোকপা শেনজাও পায়বশিংনা জমা মশজিৎ লৈকায় খুদিংদা লিংখত্তুনা ইসলাম শন্দোক্লবগী খুৎলায় অমা ওইনা চৎথরক্লি। নাকল অমরোমদনা, শেনজাও কাহেন্না পায়বশিংগা লম্বা তৌনবা ঙমদবা লাইনীং কয়ানা শোত্থদুনা লৈনহৌরি। তাউইজম, কনফুসিয়ানিজম শিনতোইজম, হেব্রিয়ু, সিখিজম, জৈনিজম, অসিনচিংবা লল চেন্বা কাঙলূপকী লাইনীং ওইরবসু মালেমদা পাক শন্না শন্দোকপা ঙমদ্রি লোয়নন মখোয় মখোয়গী ফৃরুপশিং অদুদগী হেন্দোক্লা শন্দোকরক্ত্রি।

## লাইনীং য়ুমফমদা হনজিল্লকপা ঃ

সনামহী লাইনীং মীতৈইজমগী মনুংদা লৈবা লাইনীংনি। হীন্দুইজমগী মনুংদা লৈবা কৃষ্ণ নীংবা নৎত্রগা রাম নীংবা কাংলুপ (সেক্ত)ওইনা মান্নবা মওংদা খন্বদি য়াদে। সনামহীদি মীতৈগী য়ুম পূন্নমক্তা মোইরাং লাইচিদা খুফম য়াদুনা শেংনা থম্নে। য়ুম অমা লৈরবদি মহাক্কী খুফম থমদবা তৌনদে। লাইনীং লম্বীগা মরী লৈননা ঈরাৎ-থৌনিগা (রিচুয়েলিজম) থানবা য়াদবা চৎনলোল লৈ। পামহৈবগী মতমদা সনামহীগী (তাইপঙ খায়বা) কোলু শক্তম শানবা অমসুং থুকায়বগী লৈপাক ৱাথোক ওইখীবনা ৱাকায় ওইখীবনা সনামহী, লৈমলেল, পাখঙবাবু নীংজবা অমসুং লাৎপগী থৌরমদা খুরৌ চেন্বা থোকখী। সনামহীবু হীন্দু ধর্ম্মনা খুদুম

চনখী। লৈপাক্কী ওইনবা লাইনীং হীন্দু ধর্ম্ম ওইখি। সনামহী, লৈমলেল, পাখঙপানা হুম্বা থাক্তা থৈথদুনা থমখী। নিংথৌগী অকম্বা য়াথঙনা শাথীবা চৈরাক্কা লোয়ননা মীতৈ লাইনীং নমথখীবদগী অশোম্বা খর উরে। অদুবু নাউরিয়া ফুলোগী লুচিং মখাদা মীতৈ লীচৎ চিংখৎলকখী। মদুনা মরম ওইদুনা ঙসি মীতৈলৈপাক্তা লাইনীং মরূ অরীববু নৌনা ময়োল চোংহনখী। মহাক্পু লাইনীং শন্দোকপা (প্রোফেৎ) অথোয়বা মীতৈ অমনি হায়না লৌবসু কায়দে, লাইনীংবা অমনি হায়না লৌবসু য়াওরি অমসুং মীতৈলৈপাক্কী অনৌবা খুন্নাইগী অমসুং লাইনীংগী ময়োল চোং হন্দুনা মীতৈগী য়াওল পুরকখীবা অথোয়বা লুচিংপুরেলনি হায়না লৌবদা লাক্লোই। অপোকপা মরূপ অমসুং মীতৈ মরূপ লীংখত্নুনা অপোকপা লাইনীংবু ব্রহ্মাসভাগী খুরবা মীৎয়েং অনেম-অৱাঙ, অসুং অমাং-অশেংগী অকম্বা অথীংববু থুকায়দুনা মীনুংশিতনা থল্লবা তাইপঙ মীওইবা পুন্নমকক্কী ওইরবা মপু শিদবা অপোকপা লাইনীং শন্দোকপীরম্বা অদুদগী হৌরদুনা ঙসি ফাওবদা সনামহী-পাখঙপা লাইনীং লীচৎ মীতৈলৈপাক্তা পাক শন্না শন্দোরকলি। মালেমদা পাক শন্না শন্দোরুবগী ৱাখল্লোল পোরুদবদি নত্তে। অদুবু লুরিবদি, লাইনীং অসি পাক শন্না শন্দোকপদা চঙগদবা মচাকশিং নৈনদবা য়াদবগী মথৌ তারকই। লায়রবা লাইনীংলোয় শিংনা ইনাক খুন্না লাইনীংলূপশিংগা লম্বা তৌবা তারকই হায়বদি মীওইবা হায়বসি নুংঙাই য়াইফবা উরগা নুংঙাই য়াইফবদুবু পামদবা কনাসু য়াওরোইদবা থৱায় পাম্বা অমনি। অরুবা, অকুইবা, অৱাবা পান্নরক্তে; মসিগী মহুত্তা অথূবা, অরায়বা, ৱাদবা পাম্বৈশিং পান্নরকপা হেল্লকই। অদুননি অরায়বা মওংদা শেমদোকপা লুচিংবা কয়া থোরক্তুনা লাইনীং মশুঙ তারক্তুনা পীকখ্রবা মালেমসিদা লাইনীং কয়াগী মশা-মরেঙ শন্দোরুবীং বগী ঈশ্বল তম্নরি। মীয়ামবু পামহন্বা, মীয়ামবু য়াহন্নবা অমসুং লৌহন্বগী তঙাইফদবা ওইবা তাই। খ্বায়দগী নোক্লিংঙাইদি, অদুগা অতোপ্পনসু নোক্নরকম্বা য়াই, মীতৈ খরদি অতোপ্পগী থাজবীদা (ফেথ) অসুম অসুম চঙনখীবগুম উই। ঐগী মতাঙসিদা হংনীংবা ৱাহংদি, মপূ অমত্তনি হায়রবদি করীগী অতোপ্পগী মপূ অমুক লৈফম থোক্লিবরা অমসুং ঐগী 'শিদবা মপূ' অদু পুন্নমক্কীসু শিদবা মপূনি হায়না চিংশিন্বা ঙমজদ্রবা মী অদুবু মহাক্পু শেম্বীরকপা মপূবু থাপ্না পুথোকখীদুনা মশক খঙজদদুনা মশানা মশাবু মশক খঙজদ্রীবা মহাক অদুবু লাইনীং লীচৎনা হুল্লাম্বনি হায়না খঙফম থোক্লে। অমরোমদা অতোপ্পা ফুরূপনা মীতৈগী লাইনীং লৌদুনা মীতৈ লীচৎ চৎপদি থেংনদ্রি। অদুনদি হীন্দু লাইনীংনা নমথদুনা থনম্লবা মীতৈ লাইনীংবু মশা মরেঙ ফন্না মকা লাম্না হৌহন্বা হায়বসি ফুরূপশিগী মফমদা হান্না উৎপা তারি।

হীন্দু লাইনীংচৎলম্বদগীদি ঈথক ঈপোম নাইনা হন্দোরক্কুনা মীতৈ লাইনীংদা অসুম অসুম তপ্পা তপ্পা হনজিন্নরকপদি ফম্ন য়াম্না উরে। খোঙজুম থকলুবগী ঈকায়বা হঙ্গোয়বদি ফাওনরক্রেদি হায়রগা মীতৈ লীচৎ লোমদদি হল্লক্তদুনা অতোপ্পা লীচৎ লাইনীং নৎত্রগা থাজবীদা চোংশিনখীবা কয়াসু য়াওদবা নত্তে। মসিনা সনামহী লাইনীংদা করম্বা শাফু পীবগে হায়বদু নৈনবা চুম্মী। মীতৈ লীচৎতা হন্থবা মীৎয়েং অমদি মমি তাই। মদুমক্কা শিথগদবদি নত্তে; হেন্না কনখৎলকপা য়াবগী ওইথোকপা অদুম লৈ। খ্বায়দগী নোক্লিংবা অমসু লৈ মদুদি মীতৈ লীচৎ চৎপা ইমুংদা মতৈ-মনাও অনীগী মরক্তা অমসুং মমা-মপা অমসুং মচাশিংগী মরক্তা অমনা হীন্দু চৎপা অমনা মীতৈ চৎপা মপান থোক্লকপা অসিনি। অকম্বা পাথাপলোল ঙাক্না ইমুং হুপ্পা চৎপগী চৎনলোলচৎ অয়াম্বনা লৈরবসু খরদি ইকোম কোন্না অরায়বা মওংদা মানা মানা পাম্বা, অয়েৎপা অথীংবা লৈনদবগী মতাগুম চৎনবা য়াওরী। অদুনদি থাপ্না শন্দোক্ত্রিঙৈদা ইরমদমগী লাইনীং কাঙলম কাঙলোল হান্না নিংথিজনা চৎনহম্বগী ফিরেপ পুথোকপনা অহান্বা খোঙথাং লৌবা তাই।

**লাইনীং অসিবু** পাক শন্না মীয়ান্না পান্না লৌনবগীদমক মরূওইবা ওইথোকপা য়াবা অমসুং মথৌ তাবাশিং অখঙবা অমসুং অরৈবা মীনা মকোক চিংনা অরায়বা ব্বাখল্লোলদা অমসুং নিংথিজনা শন্দোক্না তাক্লবা লোন্দাদা তাকপীবা অমসুং নৈনবা হৌদোকপা চুমগনি। **লোল অয়াম্বদা ফোঙদোক্তুনা লাইনীং অসিগী নুংগী ওইবা ফজবা পুন্নমক পুথোক্তুনা নৈনবা তাই**। ইথোকপা ফোঙদোকপা অমসুং শন্দোকপা হায়বসি শেল থুমগী ফিভম ফত্রবদি ওইথোক্তবা লৈ। অদুনা মায় পাক্না থবক চথবা য়ানবগীদমক শেল চঙই। লাইলীকচন মরাঙ কায়না লৈগদবনি। পোৎয়ান অমসুং পোৎশেম য়াওদবা লাইব্রীক পুথোকপা তঙাইফদে। অহোঙবা মমলদা নত্রগা লেম্না হায়বদি মমল লৌদনা লাইনীং অসিগী নিংথিবা মিংখৈ অমসুং শন্দোক্না তাকপা ব্বারোলশিং য়াওবা লাইব্রীকশিং ফোঙদোক্তুনা য়েঙ্খোকপা য়াই। মরূওইনা ইংলিস লোন্দা ফোঙবগী কান্নবা ফংগনি। **মরমদি ঙসি ফাওপদা মীতৈ লাইনীংগী মরমদা পাক চাউনা ইবা লাইব্রীক লৈত্রিবনা মপাল্লমগী ফুরূপশিংনা অব্বাঙবা লাইনীংলোল অসিবু খঙনবা ঙমনদ্রি**। শন্না হায়রবদা লাইনীং শন্দোকপদা লাইব্রীক মচাশিং নৎত্রগা ময়ায় ওইব্রপ্পা নিংথিজনা নৈনরবা লাইব্রীকশিং ফোঙদোক্লদবনি। লাইনীংগা মরী লৈনবা নাৎকী ওইবা ব্বারীনচিংবা অমসুং জগোয়, ঈশৈ, লৈশি-

লৈথোক্বা থৌনিরোলনচিংবা, অমসুং থাঙ-তা, থৌনা ফম্বা, অচুম্বা, ফজবা পূবারীগী তাঙককশিং মীৎনা উগদবা, নাকোঙনা তাগদবা অমসুং পাদুনা লৌশিন্বা ঙমগদবা পাম্বৈশিংগী মতেঙনা (তি,ভি) রেদিও, পাউচেলচে) মীয়ামদা খঙহন্বা, উহন্বা, তাহন্বা অমসুং পাহন্বা চুমগনি। অৱাৎপা অসি মেনশিন্বা ঙমদ্রবদি মালেমদা শন্দোকপা অরায়বা ওইরোয়। সিনেমা, দ্রামা অমসুং শুমাঙ কুমহৈনচিংবদা লাইনীং লীচৎ অসিগা মরী লৈনবা নাৎকী ওইবা শক্তমশিং নিংথিজনা উৎথোকপা তঙাইফদে। **মসিগী লমদদি মশক নাইবা নাৎকীদমক থৱায় য়াওবা মীশক থোরক্কদবা ৱাৎলি হায়দবা ঙমদে।** অৱাৎপা শরূক অসিমসু মেনখত্তুনা পুথোকপা চুমগনি।

## লাইনীং অমসুং ললতান লম্বী ঃ

হৌজিক্কী শেলতান লম্বীগা লাইনীং লম্বীগা কোইনদ্রবা মতম অসিদা শমজিন্না চৎপদা লাইনা শাওই হায়বসি ৱিনরক্তে অমসুং খন্নরক্তে। লাইগী লাইফমশিং নি নত্রগা তীনফমনি হায়না য়াম্না হঙ্গোইনা, কিন্না লুনা লৌনরম্বা মফম কয়া অচৌ অচৌবা য়ুমজাওশিং অমসুং লৈঙাকলোয় শঙশিং শাজিন্নরক্নি। অশিবা, অনাবা অমসুং অৱাবা নংবা য়াই অদুবু মদু নাচুংনদে। মথোল ৱাংলবা চেক্কী য়ুমশালোলগী মনূংদা লাইনিংথৌ সনামহীগী কাজাউ থমনদ্রে, লৈমলেল শিদবীগী ইশাইফু খুফম লৈফম কাজাউ খঙনদ্রে, ইমোইনু অহোঙবীগী ফুংকা লাইরূদ য়ুমজাউ য়ুময়ায় কাজাউ থন্নদ্রে। উরেপ মেন পাখঙপাগী খুফমসু মথোঙ মরম খঙদ্রে। **লাইনিংথৌ সনামহীবু নীংজবা তাইপঙ মীওইবনা য়ুমশারোলগা য়াম্না নক্না মরী লৈনৈ। লাই পূম্নমক্কী নিংথৌ ওইরীবা সনামহীনা য়ুম অমসুং য়ুমদুদা লৈরীবা মী পূম্নমকপু থৱায় হকচাং পূন্না কাওরেল শেম্বগুম শেম্বী, ঙাকপী অমসুং কন্বী।** অসুক্কী মতীক ময়ায় অমসুং মঙালবু শীংথাবা ঙমদনা লুরবা শেংলবা লাইনিংথৌগী খুফমসু খেন্নবা মওংদা থন্নবা য়াওদবা নত্তে। খরনা ফম্বাল মাম্বা পঙশা শারগা ঙারুবাক লাৎপা য়াওই। খরনা নুমিৎকী শক্তম লাৎপা য়াওই। খরনা থাকখল্ য়াওদবা ফম্বাল্ থাই, চরৈ কৎলি। লাইনিংথৌগী চরৈখক্তং কৎপা-লাৎপসু য়াওই অমসুং লাইনিং থৌ লৈমরেল্ অনিগী চরৈ লাৎপসু য়াওই। ফুহিং লাৎপা, কোলদা চরৈ থোন্দুনা লাই শাবা, নুংবী নূংবা থমদুনা লাৎপা, অসিনচিংবা তৌনরি। শন্না হায়রবদা, অরুবা মওংদা চৎনরকপা লাইনীংগা লোয়নবা ঈরাৎপগী মফম, খুফম, চরৈ কৎপা ফম্বাল শেম্বা, সনথোঙ কাজাউ য়াবনচিংবা থৌওংশিং অসি লৈজদবা ইমুংদা অৱাবা পোৎলুম অমা ওইবনা খুফমতমক য়াবনা লাইনীং শন্দোকপদা লায়থোকহন্বা

ওইগনি। তরু তনাম্না থস্বা, মিরাং থুহন্দবা, অকোয়বদা অমোৎ-অকায় ফন্তু-হৌথী থমদবা, নোং য়ুহন্দবা, খুয়া ওনশিন্দবা, থুনাম্বা-নমথীবা থমদবা লোয়ননা অশেঙবা লাইগী লাইশঙ অমগুম লুনা অমসুং নুংশিনা চেকশিনবগা লোয়ননা থমগনি।

**লাইনীংগী ফিদমশিং ঃ**

সনামহী অমসুং পাখঙপা নীংবা ওইরবসু, অপোকপা নীংবা কাঙলূপ ওইরবসু মীয়াম্না লৌনরীবদি সুপ্না মীতৈ চৎপা নত্রগা মীতৈ মরূপ ওইনা লৌনৈ। সনামহীনি, পাখঙবনি, অপোকপনি হায়না লৌনবা অমসুং খঙনবা তৌনদে। তুংদা তোঙন তোঙাম্বা কাঙলূপ ওইনা (সেক্ত) লৌনরকপসু য়াই; হৌজিক্কিদি অপূম্বগা মশক ওইবা লাইনীং অমখক্তং চৎপগী মওংদা লৌনরি। লাইনীং অসি লৌরবশিংনা লমচৎ ফজবা, চাকচা-ঈথক কামদবা, হকচাংগী ফিভম তরু তনাম্না থস্বা, ফি-রোল তরু তনাম্না শেৎপা, ৱাঙাঙ লোলচৎ, থৌকল্লোলনচিংবা লমচৎতা লৈপাক মচা তাবা, অসিনচিংবাচৎনরোল অমা তঙাইফদনা ঙাকপগী মথৌ তাই। অসিগুম্বা কোদ ওফ ইথিক্স হায়বদি ফিদম অমা ঙাক্লচৎপগী পথাপলোল চৎনহন্বা চুমগনি। কুচু ফজবা, শক-ফজবা, শেল পায়বনা তৌথোরকপদি ঈফদ ফজে ঈপকতা পকচৈ হায়নবঙ্গ লৈ হায়দুনা মদুগী খুদুং ইনখীবা তারবদি অরাম্বানি। লাইনীং অসিগী মখা পোন্না চৎলীবা পূন্নমক্কনা থবক শুবগী হৈনবী য়োকপা তাই। লম্বোইবা কাঙলূপশিংনা থবক শুদনা নিরগা পূকচাক তাম্বগী হৈনবী অদুগা মীতৈ লাইনীং লীচৎকী নুংগী মীৎয়েংগা য়াম্না থাপ্পরি; তিন্নবা য়ারোই। হকচাং অমসুং পূক্লীং শেংনা থন্নবগীদমক্তা ফত্তবা চিঞাক, ময়ায় কাহন্বা মদুনা হকচাংগী কায়াৎ খুদিংদা খুফম য়ারীবা লাইফম শিংদা অমকপা পোকহন্বা অমসুং ঈগী ঈচেল শেংলোইদবা অচা-অথবশিং, মরূওইনা য়ু, গনজা, কানি, জরদা খৈনি লোয়ননা হকচাংবু পঙথহন্বা মোন্দ্রং চুহন্বা হীদাকশিং (দ্রগ) পূন্নমক শিজিন্নবা চুমদে। হায়রীবশিং অসিনা মীওইবগী লৈনরিবা মরী ফংহন্দবতা নত্তনা খুন্নাইগী, লমচৎকী, লাইনীংগী, নাৎকী ফজরবা ফিদম পূন্নমক মাঙহন্দুনা মমৈথঙদা খুন্নাইগী শক্তম মূৎখীবা য়াবগী ওইথোকপা লৈ। চিঞাক্লা লমচৎ মোৎহন্বদগী শাগী শাচৎ থোক্লকই অমসুং খুন্নাইগী মহীক ওল্লক্কুনা ওক্তবা-ওক্তবী মীহাৎ-মীপুন, মীশি-মীনা, হুরান-চীনথীনচিংবা মখল কয়াগী অকীবা অমসুং শাথিবা মহীক শন্দোকই। মীতৈ লাইনীংগী ফিদমগী চৎনপথাপ অমনা পুল্লবদি মহীক শন্দোরক্লীবা অসিগী মহুত্তা লাইনীংগী ফজরবা লমচৎনা পাক শম্না শন্দোকপা ঙমগনি। লাইনীং অসি চৎলীবশিংনা মরূ ওইনা

শন্দোকপদা থৌদাং লৌরীবশিংনা অকাম্বা ফিশেৎ, চাহি থকহৈদবা চিঙ্গাকশিং অমসুং অকাম্বা ৱাঙাঙ-শাচৎনচিংবা শিজিন্নরোইদবনি। ফিদমনীংঙাই ওইবা মচাক অমসুং খুভম ওইহনগদবনি। হীন্দু ধর্ম্মবু পান্না নৎত্রগা ঈথীল অমনা লৌনরুরবগী মতৃং অসিদা ঙসিদি অমোৎপা, অনৈবা অমসুং লাইনীংগী ৱাংমদা চৎনরকপা উনরকপদগী থাদোক্লরক্কুনা মীতৈ লাইনীংদা থম্মোয়নুংগী পীরাংগা লোয়ননা চঙনরক্লী অমসুং লেপ্পা লৈতনা নোংমা নোংমগী অখঙ-অহৈ থিজদুনা লাইনীং অসিদা পূক্লীং থিংজিল্লক্লী। অসিগুম্বা অফবা মতম অমগী ঈথক ঈপোম কারক্লীবা অসিগী খুদোংচাবা মাঙহনফম থোক্তে। অতোপ্পা শেনজাও পায়বশিংগী লাইনীং লোমদা চঙনথ্রীবশিং অসিদি লাইনীংগী ৱাহনথোক খঙনা চঙখীবা নত্তে; করীগুম্বা খরগী ওইজবা নৎত্রগা কান্নবা ফংনবা চঙলম্বা য়াই। মরমদি অশেঙবা লাইনীংবু খঙবা মীতৈ লীচৎপু মুন্না অমসুং কুপ্পা খঙবা মীনা কৈদৌঙৈদসু মনাৎপু থাদোকপা ওইথোক্তে। লুপা খাউজাও অমা মমাঙদা খিন্দুনা পুরক্লবসু নৎত্রগা অমেরীকাদা থাবীগে হায়না থেল্লরবসু ৱাংলবা চীংজাওগুম লেঙফদ্রবা মীতৈ লীচৎনি হায়বসি চিংউ মাইচৌসিংনা লেঙদ্রবা খুদমনি।

অতোপ্পদগী ৱায়রুবা অমসুং পূশীন্বনা ঈশাগী ওইবা খক য়াদবগুম অমসুং মীখা থাবা শক্লবগুম নীংতম্বগী মতীং য়াওরবা মশাগী শক্তম ঙাকচবা পামজবা ফুরূপ অমগী মফমদা শীংনবা অমনি হায়না লৌবা তাই। লাইনীংলীচৎপু ফজহন্বা, মীমাঙদা লেমজবা মওংদা পুথোকচবা অমসুং লমচৎ নাইনা কাঙলম চুন্না শন্দোকখীবা তারি। য়াম্না চম্বা অদুগা পূকচেলদি শেংবা অরায়বা কাঙলোলদা নীংজবা য়াবা লম্বী শীন্বীবা চুমগনি। **লাইনীংগা মরীলৈনবা ঈরাৎ-থৌনি পূম্নমক অমাইবা, অমাইবী অমসুং মাইচৌশিংগী মথৌ ওইরী। অরুবা লাইথৌ (রিচুয়েলিজম) পূম্নমক লাইনীং অসীগী লীচৎ লৌরীবা পূম্নমক্লা অচম্বা অমসুং অরায়বা লোন্দাদা নীংজবা য়ানবা মওংশিংসু শন্দোকপা চুমগনি**। লুরবা লাইথৌগী কাঙলোলদি মীয়াম্না শিজিন্নদবা ফৈ।

মালেমগী লৈপাক অয়াম্বদা মরূওইনা, ম্যানমার, বাঙ্গলাদেশ, অমেরীকা, নেপালনচিংবা অতৈ অতোপ্পা লমশিংদা খুন্দাদুনা লৈগ্রবা মীতৈ য়েক-শালাইচাশিংগী মফমদা সনামহী লাইনীংগী মরমদা শন্দোক্লা নৈনবা অমসুং খঙহন্বা চুম্মী। মীতৈইজমগী মতাঙদা মপাল্লমদা সেমিনার, কনফরেন্স অমসুং মীতিন্নচিংবা কয়া পাঙথোক্তুনা নৈনরবদি মসিনসু শন্দোকপগী শরূক অমা ওইগনি। মসিগীদমক্তা শেল চঙনা

অমসুং তিংনা মীতৈশিংনা খুন্দাদুনা লৈরীবা লমশিংদা চত্তুনা খন্নমীন্নবা, নৈনমীন্নবা অমসুং চৎনহন্নবগী খোঙথাংশিং লৌখৎনবা হোৎনবা তঙাইফদে। মানা মানা পাম্বা মওংদা পঙই ইদুনা, পঙফোঙ ফোঙদুনা মীয়ামদা চমন্নবা অমসুং চয়েৎনবা পোকহন্নবদি মদুনা শন্দোকপগী মহুত্তা হেন্না খুরৌ চেম্বা থোক্কনি। অসিগুম্বশিং অসি চৎনহন্দবা ফে। **অরাম্বা, অশেম্বা অমসুং চৎনরক্তবা য়াওবা লাইরীকশিং থিংগদবনি। শন্না হায়রবদা, লাইনীং অসিবু চেকশিন্না ঙাকপা অমসুং শেম্বা মথৌ তাই। লাইনীংনা ফূরূপকী অপূম্বা শক্তম শেমগৎপদা অমসুং খেন্নবা লৈবা ফূরূপ খুদিংমক্তা নুংশিনবা অমসুং মীওইবগী হিংমীন্নবগী অপূম্বা শক্তম পুরকপদা চাউরবা মচাক অমা ওইরী।** হীন্দু ধর্মনি খুন্নাইদা অমাং-অশেঙ, অনেম-অৱাঙ খায়বগী মখোয়গী চৎনবী শেম্বীরম্বা মদুগী খুদোল অদু মতম অসিদদি লৌবা য়াদ্রবা চৎনবা য়াদ্রবা চৎনবী লোইরবা লীচৎনি খঙনরক্তুনা অনৌ অনৌবা মচাক কয়া হাপচীন্দুনা শেমদোক্লরক্রিব অসি লাইনীং অসিগী তোঙাম্বা মপোক অমনি। মীতৈ লাইনীংদা মালেমগী ওইবা ৱাংলবা ফিদমশিং, হায়বদি হিংমীন্নবা, মচীম্মনাও ওইবগী মতৌ, মরূপ-মপাঙ ওইবগী মতৌ, ঙাকপীহৈবা, কম্বীহৈবা, মীনুংশি চাউবা, পূকচেল চাউবা, অমগা অমগা মতেঙ পাঙনবা হায়বা পোকপদগী য়াওরক্রবা তাঙলবা মপূগী খুদোলশিং অসিনা ঙসি ফাওবদা মীওইবা খুন্নাইবু তাক্লি মদুদি মীতৈদি মাঙফন্দবা লাইগী মচাশিংনি, লাইগী লৈপাক্তা খুম্ভোকপনি। হান্না শেম্বীরকপনি, কোন্না লাইনীং অসিনা লোইশিল্লগনি। অদুবু লেম্নদি লৈথোকপা চুমদে। **ৱাখলল্লোল অমসুং কাঙলোল চাননা পুথোক্তুনা মালেমদা মশা মরেঙ ফন্না, মরূ-মপাল শানা লাইনীং পানপী হৌহন্দুনা শন্দোকপা হেন্দোক্লা য়ারবনি।**

মালেমদা লৈরীবা ফূরূপ খুদিংমকপু সনামহীগী চিংউলোননা কোনশিন্বা ঙম্বগী নৈনলোল লৈ। **মরম অসি লৈবনা য়াম্না নীংথিজনা হৈনা শিংনা মতীক চাবা শন্দোকপা লোয়শঙ অমা লীংখত্তুনা মালেমগী লোল মরূওইবশিংদা ফোঙদুনা পুথোক্লবদি খোঙচেল অসি তপ্পবসু শোয়দনা মায় পাকপা ঙমগনি। শন্দোক্লিবনি হায়দুনসু মানা মানা অপাম্বা মওংদা চৎথনরবদি লৈপাক কাংখোং চাইহন্বা মরম ওইনা থোক্কনি। অৱাঙবা থাক্কী থৌকাইকোল (ওথোরিতি) অমা হিংহন্বা য়াম্না মথৌ তাই**। মরূওইনা শন্দোক্কদবা হীরমদি লাইনীংনা লাইনীং ওইনা শন্দোক্কদবা নত্তে; লাইনীংনা খুন্নাইদা লৌরীবা খুন্নাইবু অমত্তা ওইনা হিংমীন্নবগী, চান্ন-চিন্ননা লৈমীন্নবগী অমসুং মীওইবনা মীওইবগী হকশিং খঙনা চাওখৎমীন্নবগী পাউচেলশিং

অসিগী লাইনীংলোল অদুনা খুন্নাইলোলদা ওনথোক্তুনা শন্দোক্লবদি লাইনীং অসিগী হীরমবু মীয়াম্না হেন্না খঙনরক্কনি অমসুং পান্নরক্কনি। মীতৈ ফুরূপকী ফিদমশিং অদু লাইনীংনা খঙহন্বা ঙমগনি। অরীবনা নৌনা খুনথোক্লগনি হায়বদি খ্বায়দগী লীরবা লাইনীং ওইরীবা অপোকপা নীংবগী চৎনবী অসিনা অনৌবা শক্লোল অমা লৌদুনা মীতৈ খুন্নাইগী শক্তম অমা পুরক্লগনি হায়বা তাক্লি। লাইনীং অসি হিং হন্বানা ফুরূপ অসি হিংনলি হায়বা তাক্লিবনি অমসুং লাইনীং অসিবু মালেম শীন্বা থুংনা শন্দোক্লবা হোৎনবনা ফুরূপ অসিবু পূন্সী নুংশাংনা হিংহন্নবা হোৎনবনি, লোয়ননা মালেমগী মমান্নবা ফুরূপচাশিংগী মরক্তা মীমান্নবা ঙন্নবা শক্তম শাগৎপা তঙাইফদে। লাংতাইলোলগী পাউরৌ পাউতাক মতুংইন্না 'লাইগী লাল' (হোলি ব্বার) অমা শোয়দনা থোকপা য়াবগী অকীবা মরক্তা মীতৈ লাইনীংনা করম্বা ফিরেপ লেপকদগে হায়বদু পুয়াগী পোইরৈ তুংইন্না লেপহৌবা চুমগনি। শাহৌ ফরবসু পোল্লোই থীরবদি মদু অচুম্বা নত্তে; অদুনা **চিংউ মাইচৌ খোংনাংথাবনা তাকপীরম্বা 'পেমা য়েলহৌ ফবী তুংগী পোল্লোই য়েংলসি'** হায়বদু হীরম খুদিং মক্তা পান্বা য়াই। মালেমগী লাইনীং (ধর্ম্ম) খুদিংমক্লা মচেৎ থোক্লা মরায় চায়থরক্লবদা মীতৈ লাইনীং অথোয়বদি তপ্না তপ্না অচুম্বা অমসুং ফজবা মওংদা অরোয়বগী পোল্লোইদা তাইপঙগী লান্নফম ওইরক্লগনি অমসুং মসিদা থব্বায় হকচাং অনীমক লুপ্না নীংনফম ওই।

**ব্বালোইশিন –**

সনামহীগী নুংগী ওইবা খঙনবা মীওইবগী অচম্বা মীৎয়েং অমসুং ব্বাখলনা লাম্বা ফংদবা, অরান খুফম ফংনবগী পাথাপলোন অদু পাখঙবা লাইনীং কাঙলোলগা তৎন-থানবা লৈতনা চুংশিন্নে। অপোকপা নীংবা অসিনা খ্বায়দগী লিরবা লাইনীং মরূ ওইবনা মহৌশাগী ওইবা অঙকপশিং (নুমীৎ, থা, থব্বাইপীচা, অসিনচিংবশিং) অমসুং তাইপঙ থব্বায় পান্বা শিংগা লৈনরীবা মরী অদু খঙবা ঙন্নবগী লম্বী তাকই। অসিগী মরূওইবদি 'ঐ' হায়বা য়াইপী অদুবু খঙবা লম্বী অদুনি। ঐ হায়বা য়াইপী খঙলবদি পূন্নমকপু খঙবা ঙন্নবা উপায় ওইগনি। ঐ হায়বসি খুদিংমক্তা শন্না লৈ হায়বসি তাক্লি। অদুনদি ঐ হায়বা য়াইপীগী মপূ অমখক্তং লৈ হায়বসি ঐ হায়বা য়াইপীনা অরান খুফম ফংনবা অচুম্বা শিক্ষা পাঙলীবা অসিনা ফোঙদোকই। অসিবু খঙহন্দনা লাং কয়ানা শৌ শাবমখৈ কুপতুনা থম্মী। লাংফম অমসুং তেকচাক কয়ানা নল্লবা তাইপঙ মীওইবশিংনা য়েংথিনবা, হাৎনবা-শুনবা, কল্লকপা মীহৌবা

অমসুং ঈরাঙগী লম্বীদা চৎনখীদুনা ঐ মশক খঙলক্তে। মী-ওইবগী ফিদম খঙলক্তে। ঐ হায়বদু খঙদবনা শাগী শাচৎ চৎনরক্তুনা য়েক্লবগুম লৌনরকই। অইংবা লৈরক্তে। পাপ তৌনা ধর্ম্ম তাল্লকই। ধর্ম্মগী মিংদা লাল শোক্লে অমসুং লালগী মিংদা ধর্ম্মবু তুংদা থম্মী। মী মশেল লাল থেংনৈ। ধর্ম্মগী লাল, লাইগী লাল অমসুং নাপলগী লাল পুথোক্তুনা মীওইবনা মীওইববু লোইশিন্নবা থৌরাং তৌনৈ। মীওইবনা লোইশিন্দ্রবসু নোংমদি মহৌশা কৌবা অঙকপা অসিনা শোয়দনা লোইশিন্বীরবা য়ারী। মতম অদুদা মীওইবগী লৌশিং, পাঙ্গল, থৌনাগী অঙকপনা মহৌশাগী ওইরক্লীবা মতীকপু থিংদুনা পুন্সীবু কন্বা ওইথোক্রোই। মালেম অসি কায়খীগদৌরমাক্লে নৎত্রগা মীওইবগী পুন্সী মাঙখীগদবা মাক্লে হায়দুনসু অতম্বগুম্না তৌবগুম ফমদুনা নৎত্রগা মোন্দ্রং শান্নদুনা লৈথোকপদি চুমলোই। করীগুম্বা ওইথোকপা য়াবা অফবা থবক খর দায়িত্ব লৈনা মীওইবগীদমক্তা খঙহন্নবা তৌরম্বা চুম্মী। শন্দোক্লা ফোঙদোকপা তাই। মুন্না খঙবা তাই। **থম্মোয় শেংনা কৎথোক্লবা শন্দোকলূপকী কৎথোক্লবা লীংচেল মথৌ তাই। য়াম্না কূপ্না নৈনরগা ওইথোকপা য়াবা তুং কৌহবা থৌওং পায়খৎপা তঙাইফদে।** মীতৈ য়েক শালাইশিংবু অহান্বদা হীন্দুইজমগী পারা তম্বীদ্রে। কান্নরক্ত্রে খঙনরক্তুনা থাদোক্লরক্লে। পঙবা হায়গদ্রা, খুদোংচাবা থিবা হায়গদ্রা নৎত্রগা মীগী মতৌ তম্বা পামজবা হায়গদ্রা, মশাগী পারা ফানবা অমসুং খঙনবা হোৎনবগী **মহুত্তা খৃষ্ট্যান ওনখীবা নৎত্রগা বাহাই য়াওখীবা খর উরে।** ঙাসাইগী 'ঐ' হায়বদু মশক মুন্না খঙদবদগী মশাদা য়াওরীবা লেঙদনা লৈরীবা মপূবু খঙদবদগী থাপ্না অমসুং তাম্না থৈদুনা থম্মী। মীনুংশিনা য়োম্লবা চিংউ খোংনাং থাবগী ব্রাখম্লোল মালেমগী মীয়ামদা খঙহম্বদা মালেমগী মচীন্মনাও ওইবগী, মরূপ-মপাঙ ওইবগী, নুংশি-চান্ননা হিংমিন্নবগী, নীংতম্বগী হক ঙাকপগী, ব্রাংলবা ফিদমশিংগী মনুংদা ঙাকপীহৈবা, কন্বীহৈবা, অচূম্বা, ফজবা, অমসুং অফবগী তীক-য়াইগী মঙালতনা লৈতেংলবা মচাকশিং মরাঙ কায়না ফংবা ঙমগনি। জাৎ-বিজাৎ খায়দবা, অনেম-অব্রাঙ নাইদবা, অচৌ পীশক খেন্নবা থমদবা, লায়র-ইনাক খুন্বা খেন্নদবা অদুগুম্বা লাইনীং অমা থিবা তারবদি মীতৈ- ইজমগী পাথাপ নুংদা ফংগনি। **সনামহী অমসুং পাখঙবা লাইনীং পানপী অমগী অমত্তা ওইবা মশকনি, তোঙাম্বা নত্তে।** পানপীগী মশাদা মরু, মশা, মনা, মহৈ, মপাল, মকূ হায়না হায়ববু পানপী নত্তে হায়বা য়াদবগুম মশা অমত্তনি হায়বা তাকপনি। অসিবু কূপ্না খঙলবদি লাইনীং খঙবা কৌই অমসুং লাইনীং পানপী অদু হৌহন্বা ঙম্লগনি হায়বসিদা থাজদনিংঙাই লৈতে। ❑

# মরীলৈনবা লাইরিক অমসুং চেফোঙশিং

**সে:ন: রিফরেন্স নম্বর**


১। (১) হিস্তরি ওফ লিরিজন (১৯৮৯)ঃ সরজৈ তোকারেত (য়েংবীয়ু)

২। (১১,১৭,) নিংথৌরোল শৈরেং (১৯৮৭)ঃ ভোগেশ্বর।

৩। (২) দি রিলিজন ওফ মনিপুর (১৯৮০)ঃ সরোজনলিনি পেরেত।

৪। (৩,১০ক,১৪,১৮,) - লৈথক লৈখারোল (১৯৬৭)ঃ দাঃ ভৈগ্য

৫। (৪) - নিংথৌ কাংবরোল (১৯৭৬) ঃ নোংথোনবমচা অঙৌ লুবাং।

৬। (৫,৫৪,৫৫,৫৬) - 'ঙস্নি' (চয়োলগী চেফোঙ) ১৯/১২/১৯৪৭ (১৫ (ক) শুবা মশীং)

৭। (৬,৩৮,৪০,৪৯,) - বুলেতিন ওফ দি দিবিজন ওফ হিস্তরি (১৯৭৪-৭৫)ঃ সেন্তর এফ পোস্ত গ্রেজুএত স্তদিজ, জেঃ এনঃ য়ুঃ ইম্ফাল)

৮। (৭) - মনিপুর পাস্ত এন্দ প্রজেন্ত (ভোল্যুম ২ ১৯৯১) ঃ নাউরেম সনাজাওবা।

৯। (৮,৫৯) - মনিপুর গেজেত এক্সত্রা ওর্দিনারি নম্বর ১৪৯(৬/১২/৭৬)।

১০। (৯) - সনামহী লাইকন (১৯৭২) ঃ ভোগেশ্বর।

১১। (৬৪) - খুনুং লীচৎ শাজৎ (১৯৭০) ঃ মাধব, খেলচন্দ্র।

১২। (১৬) - লাংওন (১৯৭৭) ঃ রাজো মাইবী, লাইনিংথৌ লাইরেম্বীশিংগী বারী শিংবুন (১৯৯৯)ঃ এসঃ নিলবির।

১৩। (১৩,) - সনদ্রেম্বী চৈশ্রা (১৯৭৭) ঃ নিংঙোম্বম মনিজাও।

১৪। (১২,২৮,৬৫) - চৈথারোল কুম্বাবা (১৯৮৯) ঃ ইবুংঙোহল, খেলচন্দ্র।

১৫। (১৫) - হিস্তরি ওফ মনিপুর (১৯৯১) ঃ প্রোঃ গাংমুমৈ কবুই।

১৬। (১৯) - লৈহৌ নাউফম লোন (১৯৮০) ঃ ইরোম অমুবী।

১৭। (১৯ক,২০,) - মনিপুরি জগোইগী নৈনখিব মশক (১৯৭১) ঃ মনিপুর ষ্টেট কলা একাডেমি।

১৮। (২১) - লোয়ুম্বম শিনয়েল (১৯৭৫) ঃ খুলেম চন্দ্রশেখর।

১৯। (২২,২৩,৩৯) - খাগেম্বা লাংজৈ (১৯৬৭)ঃ ভোগেশ্বর।

২০। (২৪,২৫,২৬,২৭,২৯,৩০,৩২,৩৩,৩৪,৩৭,৭০,৭১,৭৫) - অরিবা মনিপুরি সাহিত্য ইতিহাস (১৯৬৯)ঃ খেলচন্দ্র।

২১। (৩১,) - মৈথৈজ (১৯৭৫)ঃ তিঃসীঃ হদসন।

২২। (৩৫) - কংলৈ লীক মুৎথৎলকপা (১৯৭৫)ঃ খুমনচা পুয়াম ইবোতোন।

২৩। (৪১,৪৩,৪৫,৪৮,) - মীতৈ বামোন অমসুং ব্রহ্মাসভাগী হৌরকলোনঃ দাঃ এমঃ কির্ত্তি (মতমগী খোঙ্থাং- ১৯৮১, ৩৫ শুবা মশিং, অরেংবাঃ এস, নীলবির)

২৪। (৪২,৬৭) - চীংগোই ঈরূপ্পঃ মোইরাংথেম চন্দ্রসিংহ, পন্দিৎ অচৌবা (মীয়েং- ২১ শুবা মশিং ১৯৭৮) ।

২৫। (৪৪) - মৈতৈ পুরান বিজয় পথক্তলি (অহানবা অমসুং অনীশুবা খন্দ)ঃ মঙ্গী, মনিনা মীতৈলোন্দা হন্দোকপা।

২৬। (৪৬,৪৭) - রিলিজিয়স এন্দ কলচরেল ইন্তিগ্রেশন ওফ ইন্দিয়া (অতোম্বাপু মেমোরিএল লেকচর) ১৯৬৭ ঃ দাঃ সুনিতি - কুমার চতর্জী।

২৭। (৫০) - এন একাউন্ত ওফ দি ভেলি ওফ মনিপুর (১৯৮০) মেকুৎলোক ।

২৮। (৫১) - অইবন তখেল্লম্বম বোকুলগা অতম্নন রারী শানখিব অমদ য়ুম্ফম ওইব (ফেব্রুবারী ১৯৮০)।

২৯। (৫২) - লংজিল - (আগষ্ট ১৯৭৯) ঃ (লাই নিংহলগী ৯১ শুবা মপোক নুমিৎকী অখন্নবা চেফোঙ)

৩০। (৫৩) - মতমদ মীতৈগী শক্তম ঃ তখেল্লম্বম বোকুল।

৩১। (৫৭) - পাখংবা লাইনিং (১৯৯৫)ঃ লাইখুরাম ইবোবী (মৈতৈ লাইনিং মরুপকা মরিলৈনবা রাফম পুম্নমক লাইরিক অসিদা য়ুম্ফম ওইরগা ইবনি।)

৩২। (৫৮) - ঈরাৎ থৌনিরোলগা মরী লৈনবা সেরিএল নম্বর অনিগী লাইরিকশিং য়েংবীয়ু।

৩৩। (৬১,৬৮,৬৯,৭২) - ১৯৮০ দা মীতৈ নেসনেল ফ্রন্তকী প্রসিদেন্ট চীশুবম অকাবগা উনদুনা রারী শানখিবদা য়ুম্ফম ওইবা।

৩৪। (৬০) - রেজিস্তেন্স (২৪/৯/৭৬), প্রজাতন্ত্র (১২/১০/৭৬)।

৩৫। (৬২) - ইদিটর অমা ওইনা অয়িবনা পাউ খোম্বা চৎপা।

৩৬। (৬৩) - উমং লাইগী খুভমশিং (১৯৯৬) ঃ কুল্লচন্দ্র পন্দিৎ অচৌবা, উমং লাই- উমংলাই লাইকোন (১৯৯১) ঃ সৌগাইজম রুহিনিকুমার।

৩৭। (৬৬) - শলাই তরেৎ - (৯/৭/৭৯)।

৩৮। (৭৩,৭৪) - প্রজাতন্ত্র (২৩/১০/৮০)।

৩৯। (৭৬) - হুইয়েন লানপাউ (১৭/৩/৮০)।

৪০। (৭৭) - মনিপুর গবর্নমেন্টকী জেনরেল অমসুং পাব্লিক হোলিদে লিষ্ট, খৃঃ কুঃ ২০০০ গী য়েংবীয়ু।

৪১। (৭৮,৭৯,৮০) - য়াওশঙ অমসুং থাবল চোংবগী হৌরক ঝারীঃ এল. অশোকুমার (মতমগী খোঙ্থাং - ১৯৯২:৬৪ শুবা মশীং; অরেংব - সাইরেম নীলবীর)

৪২। (৮২) - লৈকোল (অহানবা মশীং ১৯৬৭) ; মহাভারতকী মনিপুর ১৯৯৮ঃ নহারোল অইব তিন্নশঙ।

৪৩। (৮১) - লাই হরাওবা (১৯৮৯) ঝাহংবম লুখোই।

৪৪। (৮৩) - ইম্ফালনা কোনুং ওইবা মনিপুর অসি মহাভারতকী মনিপুর নত্তে। (১৯৯৯) ঈকল।

---

